৮২ গী মহৈ-লোইশঙ, মনিপুরগী শেলগী মতেংনা ফোংবা লাইরিক

---

# অনি

মমল লুপা ৭/-

কে, ধীরেন

অকোংবা : অইবা
পূন্নমক অইবগীনি

অহানবা থুংনম : জনুৱারী ১৯৮০
কপি : ৭০০

ফংখম : ইম্ফালগী লাইরিক য়োনবা দুকান খরা

লিলা অসি শান্নবিগে হায়রবদি অইবগা অমুক্তং উন্নবিয়ু

নম্খম : খোংনাংথাবা প্রেস, থুৱাই লম্লোং কৈথেল।

# অনি

**শকুম** ময়পা

**অহল:** থবক শুরগা চয়া লেপ্পবা পুন্সিনি, ঈশ্বরবু মতম
চুপ্পদা নিংজবা মীশকনি।

**অহোং:** মুংশিবগী পুৎমদবা মৈনা নিশাদ লুপ্লুবা কায়নথংদ
পুন্সিদি 'ঐ' তনি হিংগদবা মীশক।

**খোইজু:** হিংলিঙৈদ মীগী মাংবা তোংবা থিদবা, মশাগী বু মুঙাইনবা
তুংগী মীয়োলগী বারুবা কায়দবনি খনবা।

**বাংহো:** পূম্নমক মপু মাগী শিস্থানি ঐখোয়না শিনবা মত্তে,
মাতবু শোঞ্জরগা লোইয়ে খঞ্জবা মীশক।

**লৈমুং খোঙারেল:** অশিবগী লাই

## ময়পী

**থম্নুং কিকোই লৌওনবী:** অশিবা লৈবাক্ত থবাই পুন্থনা চৎপী।

**ময়পী:** মুপীনি, তাইবংপাম্বগী অবা অনাগী মৈশা লাংলবা।

[২বা, ৩বা, ৪বা, মতাংগী ময়পীনহা ওইরিঙৈগীনি]

# অনি

## অহানবা মতাং

মফম—থবক শুফম্ ক। ।  মতম—কালেনগী মুংথিল ।

অহল ওইরবা মকোয় মরাং চোম্নবা অমনা য়াম্না কম্না হোরায় অমনা পুম্লপ চনবা কোটো ক্রেম অচৌবা অমা তঙ্খাই তানা থায়দোক্লি । কোটো অমনা য়াম্না চিং-লেম্বা অফিসারনি । অতোপ্পা নাকলতুনা অহল ওইরবা বাংহো মকোয় মরাং চোম্বা অমনি ।

অহল : [হুমাং তৈথোক্লহুনা কোটো অনিদ য়েংই ।] কয়াদ বানা হোংনক্লিবা ? হুক্তিক্কী তঙ্খাই তানা থায়দোক্লেদনা মুঙাইয়ে তঙ্খাই তানা থায়দোক্লে মচেৎ অনি ফংলে । [তুং হন্না য়েংবদ মি অমা উই] মঙালদা পোৎশক অমস্তুং মমি তাই । অমম্বদনা উদে, অঙানবা অমস্তুং অমম্বা । ঐনা মিংশেলদা য়েংলুবদা অহল ওইরকপগী শককম অহুগা অঙাং ওইরিঙৈগী থমহোৌবা কোটো অহুগা চাংদম্নবা । মঙালনা য়ৈবদা থোক্লিবা মি, অমুক্ত থংশাং শাংবা, অমুক্ত থংতেন তেনবা, অমুক্ত থংচাউ চাউনা, অমুক্ত ইচপ চপ্পা হা…হা…হা [পেম্না মোকথোকই] ।

সুপী : [নম্বো অমা লোয়ননা চংলকই, চৈশু শুই]
করিনো থরাই যাম্না মুঙাইবিরেদ।

অহল : নঙনা সুপী, ঐনা সুপা, সুপা-সুপী, অঙাং অহল, হাওবা হাওতবা, ফজবা-অথিবা, ইথনত-ময়াম পুম্নমক, অসিরা ছনিয়া মুঙাই মুঙাহ [নোকই]।

সুপী : করিগুম্বা অমত্তা হংজগে ?

অহল : তাকপিয়ু।

সুপী : মফম অসিদগী থরা চৎলগা যাম্নক লৈরেস্তু হায়, লৈরমত্রগা কয়া যাম্না চৎলগা মফম অহু য়োদৌরিবা ? অমুক্ত তাকপিয়ু মহাশয়।

অহল : চুম্মী। থর চৎলগদি যাম্না নক্ল লৈ— অদ উরিবসিনিদনা অহুগা থর লাপ্না চৎলগদি মফম অহু য়ৌরবি।

সুপী : অহুদি ঐস্তু অহুম পোত্থাবনা ফরে।

অহল : ঐ থেংরে, চাকস্তু চাঁত্রে অয়ুক্কগীনি হুক্কান অসি শোং থিংজিল্লগে।

সুপী : ঙৈহাক্ত পোত্থাজগে হায়বনি।

অহল : থোং লোলশিঞ্জরম্লগে, চংচরগে।

সুপী : ঙৈহাক্ত পোত্থাজথিগে ?

অহল : হায়ফেত্ত লোলশিনজরমথিগে।

সুপী : [কোটোদা য়েংলগা] হায়মা অসিদি থঙইনা, অনিমক থঙইনা, লোইনা উরে, ঐ থঙই। করিগীনো তঙ্খাই থায়দোক্লিবদি।

অহল : অনিসি পুন্না থম্বা য়াদে।

মুপী : করিগী ?

অহল : রাখল, লিচং, শাজং অমত্তমু মান্নদবা, নত্তে নত্তমু থডই হায়রবদাইনে।

মুপী : অমসিনা হেল্লি।

অহল : অমসিনা য়াত্তে।

মুপী : থডই, অছুবু মা-ঐ রাথৈনপ্পে-লোইনরে। মাসু লোইপ্পে শকতগী, চুদগী, ইজংতগী। ঐসু লোইরেদনা তুজিক্তি মহৌশাগী মুপীতু ওইরিব্রা ? লৈহি কম্মে, লৈমন চল্লে, খম্মে, (নোকথোকই) কেল্লে, উফুল্লক্কা খোডগাওনরে।

অহল : কুইদে মীওইবগী রাখল, রাখলদি নহা ওইরি, হকচাংদি অহল ওইরে, লোইরে, মোরোক মেংপদগী হেন্না করি কান্ননি !

মুপী : অছুদি ঐদি মোরোক মেংপগা কোংনবা হরাই মতোন।

অহল : নত্তে, চরুংথোক্লে।

মুপী : মথং চাহগী শার ওইনবা।

অহল : নডদি শেপ্পী মুকাক্লেনি।

মুপী : করিমত্তা কান্নব্রা ? মরুঙ্গু য়ায়া_কান্নবনি।

অহল : করিগীনো নডনা ঐবু থেংথনবা চরা হেলহন্নবা হোৎনরিব-সিবো, চংলোনে থোং লোলশিল্লয়গে।

মুপী : চংলোই, মুমিং তাবা ঙাইরিবনি। [মশা মানবা থোইজুগী ফোটো পাইদুনা] ফোটো অসি পুজগ্রগে।

অহল: কনাগী ফোটো, খোইজুগী। খোইজু কয়াম্বগী, লম কয়াম্বা, শেল কয়াম্বা, মিং কয়াম্বা মীয়ুদি লৌজখোনে।

সুপী: মসিবু ঙদাইদা চংলমগনি।

অহল: কনানা খঙনি, লৈখক্লা-লৈখারা? লাক্লাওদা য়াওখ্রবা, লম হোংখ্রবা?

সুপী: [ফোটোদা মুন্না য়েংলগা]

ঐদি অসুম লাক্লে, মাদি কমদৌয়মগনবা?

অহল: মাদি মওং চারমগদবা মান্দে, কনা কত্তবা তাই, ঐস্থু খঙই মাদি মীফস্তনি। ঐখোয়গী লৈবাক্লা মীনাই ওইহৌরীবসি মানা মশাগী ওইজবা থর কংননবা হোৎনরুবদগীনি। মাগী মচৎ অঙাংদগী অহলকাও লোইনা খঙবনি।

সুপী: মশকসিগা, ঐদি মাবু মবুক য়াম্না কবনি খল্লি। মকোয় চোম্বা অহলসিদি কমদৌবা!

অহল: মাদি কৈ, মাগী মরমদা ঙসি কাওবা মী কবগী ঙাংনরি।

সুপী: লৈবাক মীয়াম্না খিনা ঙাংনবা, লৈবাক মীয়াম্না শিরগা শোম্নহৌবা।

অহল: হিংলিঙৈদা মুংঙাইবা, শিরগস্থু মুঙাইবা, হিংলিঙৈদা বাবা, শিরগনা শোম্নহৌবা, শিরগস্থু বাবা।

সুপী: [ময়োম খোকই, অচাপোৎ থর লৌহুনা চাই]

অস্থুক কুইখ্রবা লাল মমাংগী বারীহুবু কনানা নিংশিংগবনো? ঐস্থু কাওরে, নখোয়স্থু কাওরম্লগনি।

অহল : ঐমা নঙোন্দগী চহি থর হল্লি ঐদি নিংশিংলি, ঐ কাওদে নঙবুস্থ নিংশিংলক্লে, খোইজ্ করাম্ববুস্থ নিংশিংলক্লে। য়েংউ মাসদা লৈরিবা ডাইয়ার, মাসদা নঙগী নামিংস্থ য়াওরি।

[ডাইরি উংলি]

সুপী : ঐ নিংশিংলকপগুম তৌরে। লাঙাও মসুংগী বারীছু। সুপা [খোইজুগী ফোটোদা য়েংই] মাবু ঐগী মতম অমগী ঈপুরোইবা ওইরম্বা নত্রনে ?

অহল : মানি নঙগী সুপানি। নঙ লৌত্রিবৈদো মাগী ওইরম্বা ফিভম অছুগা বাংহো কোইজোম্বা [সুডাইতনা] মঙনা ঐখোয়বুদি মিৎকপ থোকহল্লমে পুন্সিগী কান্নদবা ময়ামগী অবাবা অসি থাদোক্লগা অচুম্বা লম্বেন্দা চৎননবা।

[মখোয় অনিগী ফোটোশিংছু তোথায় তোথায়না থায়দোক্নবা থম্মী]

বাংহো মাইচৌ নঙনদি পুন্সিদা হিংলিবসিগী অশেংবা মরম ফজনা ঙাকপিরম্মী। অছুনা খোইজু করাম্বা [ওনশিন্দুনা] মানদি লৈবাক অসিগী মাংনবা শিল্লম্মী। মছুদা নঙসু [ওনশিল্লগা] য়াওরিনি।

সুপী : কান্নদে অহল পোকপা শিবগী বাথল থল্লুমু, বাবনি। ঐখোয় মীওইবদি হিংলিবৈদ সুডাইনবা হোৎনরগা লোইরে।

অহল : পোকপা শিবা, বাবা সুডাইবা, হরাওবা কপ্পা। কুৎ লাওনা য়োৎশিনহৌবদো নঙগীনিনে।

মুপী : মাম্নি ঐগীনি, ঐদি মুঙাইগদবঃ য়েংছুনা [নোকখোকই] য়ুম য়াম্না পাম্নকই, হুজিক্তবু অহল ওইরবসিদ মীমা পাম্বীরবসিদ তৌবনি।

অহল : মঙগীসিদি ঐবু লক্নরিমাক্লে। মসিদি ঐখোয়না খঙদবদি মীওইবগীদমক হিংলিব্রা ? ইমাগীদমক্তরা ? হৌরিবা উহৈ পাম্বীগী মনা চাগেদ্রা মতোং চাগেরা,? খেংংব্রে চাক লাম্নক্লে খোং লোনশিল্লগে চংব্রে।

মুপী : নহা ওইরিঙৈগী পুন্সি কল্লকইদ, ফংলরোইদকো। মতম অমুগী সনা-লুপা লন থুম,ঈখোলাংবা পুম্নমক অমনবা হাথলনি হুন্দোক্লম্নে। ঈশ্বর লায়বক্তু নিংশিংলক্লে। অহল ওইরকপদনি ভানবা ফংলিবা নহা ওইবদি তামহৌরে।

অহল : নঙগী বাঙাংসি ভারগা লৌশিং লৈবা মাল্লি। তাইবংপান অসিদা লৈরিবা খুবাক খুনমগী পুন্সি অসিগী মরিক-চুম্বা হাথল্লোন অমা খঙগে হায়রবদি হাহো মাইচৌগী খুঞ্জংম্বা হাথল ফিদম্লু নৈনবা চুম্মী। অহুগা নঙগী মুপা মীকভুগী হারীভুম্ন অমুক্তা ভাসিদনা।

মুপী : ঐগী পুন্সিগী হারৌবু [নোকথোকই]।

অহোং : [য়ু ঙাওভুনা চংলকই] ঙসি শিনি পাওক্তেন্দে, হয়েং শিনি পাউতাক্তে, কান্নদবা হানি অচুম্বা ফজবা, ওইদবা ভাংবা অথিবা ফজবা শাবা মহুনা মফমবনি।

মুপী : হাইমা করিনো নঙনা তৌরিবহুদি।

অহল : অখিবনা ফজবা শাবা, অখাবনা অথুম্বা শাবা ।

অহোং : মাম্নি অখাবা লৈবদগী অথুম্বা লৈবনি । অয়ানবা লৈবদগী অচুম্বা লাকপনি । ঐখোয়গুম্বা অপংবা কয়া লৈবদগী মখোয়না অশিংবা শাৱিবা নত্রাগু ?

মুপী : অপংববু শারবস্তু, অশিংববু শারবস্তু, ঐনা হায়নিংবদি নঙ নশানা নশাবু মশক খঙজবা ঙমলত্রা ?

অহোং : খঙই, ঐগী চপ চাবা য়ুম্নাক, মীং, শাগৈ লৈ । লৈফমস্তু খঙই, মতু নুত্রাগু ইশানা ইশাবু খঙজবা হায়বতুবে ।

অহল : মতুস্তু অমনি, অপংবা অশিংবা, রাবা-মুঙাইবা, লৈবাকমচা তাবা রায়োং চাদবা, কনানা কনাস্তু কয়িস্তু নস্তে ।

মুপী : নখোয় নশানা নশাগী য়ুম্নাক শাগৈ, মীং, লৈজরবস্তু ঐখোয়গীদি চপ চানা হায়বা য়াদে । মরমদি নখোয়গী রাখলগা ঐখোয়গা খক মান্নদে ।

অহো : চপ মান্নৈ ঐঙোন্দদি,হিংলিভৈদ মুঙাইখোকপা ফে । শিরগা নোরোক্তা চংকে চংলু, স্বর্গদা কাগে কাউ ঐখোয়না মতুগী রাফম নৈনরুবা ঙমদে ।

অহল : নিশা চাবা মীনা নিশাদ অতুম্মক লুপ্তুনা মুঙাইবা খি অতুবু নঙনদি নঙগী মুঙাইবনা মীবু খক কোনশিনদে ।

অহোং : পৃথ্বীদা পোক্লিবা মী ময়ামসিনা মা-মাগী মুঙাইবা ঙমন্রি-ভৈদা মীবু মুঙাইহনবা কনানা ঙমগনি । ঐ অমত্তা লৌনিংদে ।

মুপী : ঙম্বা ঙমদবা হোৎনবদি য়াই, হোৎনবা হায়বসিদি লেপ্পা য়াদে ।

অহল : অরুবা বাথল ইরাই লাইনা খল্লুবগী কান্নবা লৈতবদি য়াই। অতুবু নশাগী কান্নবদি নভনা থনবা ওম্মী।

অহোং : ওম্মী মতু পোকপনগী মীওইবা মপোক্কে য়াওরক্লবনি। অঙাংনা অফংবা পোং অমবু হেক্ক খুল্লগা ময়াদ হুকই। ঐগীস্তু য়াররবদি মফম আসদা, থবক শুফম কা অসিদা ঐগী ফোটো অমত্তা থম্মীয়ু মতুনা ভুংগী মীহৌরোলনা হিংভিভৈদা নিশানা মুভাইবা পীবা মীশক অমনি হায়না থভবিনবা। ঐ চৎলে [থোকৃখিবা]।

তুপী : ঐগীদি অতুগুম্বা পামজদে ঐগী কত্তবা লমচৎ ময়ামগী বারী তাম্নগা ভুংগী মীরোলনা ফিদম্নফম ওইবা লিচৎ অমা পুররুবা।

অহল : ফরে থোং অসি লোনশিনজরগে চাকস্তু লাস্বনা লোইরে। মুভাইরে কুইনা উম্নখিদ্রবা মীয়াম অসি উম্নবদা য়াম্না মুভাইরে।

## লাইট ওফ

# অনিস্সুবা মতাং

মতম— সুমিং মঙাল উরিনৈ।
মকম— ষ্টৈজগী মনিং ইথং থংবা ময়াই ওইরপ্পা।

[নোংপোক পান্থোইবী অমসুং নোংপোক নিংথৌ অনিগী অশাবা অয়েকপা শক্তম থিল্লি। মমাংদা লাইগী হৈকং-লৈকং অমদি থুপ থাওমৈনচিংবা কয়া থাল্লম্মী। বাংলো লাই খুরুমজুনা লৈরি, অহলসু মতুং ওইরপ্পা খুরুমজুনা লৈরি। লাইট তপ্পা তপ্পা ভাস্থোয়কই।]

বাংলো : "তাইবঙ লৈহৌবগি লৈচঙ লেনফু ওইরিবী
শিদবা মপাল থাবী
নাদবা মউ লিংবী
কোরও থাইথবী
কোরও নোংন উদবী;
মালেম লৈন নিঙ্দবী, নঙবু
কোরও বপা য়েং
চিঙজু মতম থম্ন পুরুম্জগে।
নুগি নুরম্ তাবী, প্যাগি পারম্ শকপী
লুমাঙ্ শমলাং চগো লয়
লুতুং শম্জি ওয়রম্ হুল
থোইমোম লাইগী মপোক থোইথোরবী"
খুরুম্জরি ননাই ঐথোয়না।

অহল : "অঙৌবা কোরও খোঙ্‌ কোম্‌ব
কোরও নোংখোঙ্‌ কোয়্‌ব
মালেম্‌ লৈখোঙ্‌ কোয়্‌ব
কোরও লৈচিল ওইন
মালং মুংশিং তোংব
লৈচিল খোঙগাওনব
খমগোল্‌ খুনেংনব"
খুরুমজরি ননাই ঐখোয়না।

[অঙ্গম্বা লাই খুরুম্বা হেক লোইশিন্নকপা অসিদ নোংলৈ-মুংশিং অকনবা অমা কন্না শিংলক্লি। মরক-ময়ক্তা অকিবা ফংলবা নোংথাং অখাক অরাওগা লোয়নমা কুপ্লকই।]

থাংবো : মীওইবগী অবাবা কোজায় কোকপিন্নিবা
মুঙাইবগী কোজায় হাপ্পীরিবা
করিনো ঙসিদি তাইবং মালং পানসিদা
অবাবা কোঙ্গাই হাপ্লীতুনা মীওইববু ওৎ-নৈরিবা
কামরবা হুন্দোক্লমগদবা পোৎলম কয়াদ
অপাম খোয়চাক্‌ থাহুনা মীওইববু ঙাওহনবিরিবা।

মুপী (নহা): [পোৎয়োম অমা থাদরৈ অহুগা ইরম্মী]
লংজবা করি তৌথিবদগী ঐবু অমুক লাক্লবিরিবা
ঐগী পুন্সিগী হিদোম্মা কদোমদনো তাওখরিবা?
খঙজদে পম্মুংফম; অবা তোরৈ কয়া লাল্‌

পুন্সি থোৎপাই কয়া থা নত্তবু ঐমা ফংজগবা
খন্নোই খুদিং কৎলম্মী মুংশিবা হায়বতুগীদমক্ত
মীমুংশি খণ্ডবা লাক্লখৈঙে মোক্লবিদো তাইবংনা।
ইকাইবা, মুংশিবা, মীনোক-মীশা লাংবা
পূম্নমক্কী তাইনফম ওইবা মুপীবু করি শেম্নম্মী ?
হে নোংপোক পন্থোইবী; লাইরেমসু মুপীনি
মুপীবু করিগী শেম্নম্মী অরাবদা লংথনবা।
ঐন। থাজবা মহৈগী মতিক থোকপা লাক্লবিয়ু।
নেংদোলদা চিংগে চিংখংপিয়ু, মালেমদা কুমগে কুমহনবিয়ু।
তাইবংমালং পানসিদদি হিংজনিংঙ্গে। [লুকথখি]

বাহোং : মীনা শিনবা য়াবরা ? লাইনা তস্বা লাকনি।

অহল : পাম্বোম লিশিং কয়ানা থুৎলামত্তোয়না কৌরিবা
মিৎয়েং লিশিং কয়ানা বাখল থুরো থাংহল্লিবা
মুংশিবনা কয়ানি লক্লবনা কোজায়নি
মৈগী মৈশাদি খণ্ডবা মচুত্থবু পাম্লুবা
ঈশিংগী ঈরৈদি খণ্ডবা অইংবত্থত পাম্লুবা
পুন্সিগী অরাবদি খণ্ডবা লৌনমত্থত থাজক্লব।
লমথুংফম ফংনি থল্লুবা লম্মাংননা লৈরেদো।।

বাংহো : অরাবা পূম্নমক কোক্লবা তাইবংপানবগী
লুম্নিবা পূম্নমক লৌথোক্লবা মালেমগী
কায়দবা পূম্নমক হুন্দোকখিনবা মীওইবগী
লানগী থুৎলাই পাইথৎপিমো লাইরেমা। [থুক্লম্মী]

অহোং : [ঙাঙজুনা চংলকই]
পুম্নমক তাইননবা লাইবু লাংপা নত্তে
পুম্নমক ফংননবা লাইবু থুরুম্বা নত্তে ।
বাংহো : ঙাকখগী ইন্দা থুরবা লৈম্নেনা
চোং ফন্দুনা করি বাম্নগনি ?
অহোং : শিরগদরা থবাইনা করিবু পাম্বগে, নেশা
নেশা— মসিদা ঈশ্বর য়াওরি, মুঙাইবা য়াওরি
সংসারগী লাংদি মসিনা থদংকদবনি ।
থকও, মুঙাইও, মুঙাইথোকও, শিগদবা থবাইনি
নিংও, ঙাইও, কাওথোকও, হয়েংদা ঙাইরবনি ।
খোইজু : [চংলকই]
শেলগা শক্তিগা অমা পোকমিন্নবা,
থবাইগা হকচাংগা অমা লোইনমিন্নরকপা
শেলসু ভনবা য়াবা পোংনি
হকচাংসু মাংথিবা য়াবা পোংনি
বাবা হায়বসি মীওইবনা পামদে
মুঙাইত্তবা হায়বসি মীওইবনা পামদে
ঐখোয় করিগী পোক্লক্লি
লাইনা ঐখোয়বু করিগী শেম্লক্লি ।
পিক্লবা থবায় মচাশিংদ মুঙাইথোক্লবা
মুঙাইবা খিবগীনি মালেমসিদা লমজেন থানরিবা

অতৈ করিস্নু নত্তে— ইহুৎপু শিবদা পুবা য়াবরা।
শিবদা পুবা য়াবা করিস্নু লৈতে
করিস্নু লৈতে, শিবদা কনানা করি পুপ্রবগে ?
ঐখোয়দি, ঙসিদি হিংদবা য়াদে
ঐখোয়দি, ঙসিদি চাদবা য়াদে।

বাংহো : মকম অসিদি সুমিৎ ময়ুম চংগ্রে
য়াম্না শুক্ল মমগ্রে কদাইদনো'মা চৎপ্রসি।

অহল : য়াম্না ঙল্লি, ইঙান ঙাল্লি সুমিৎ ময়ুম চংখ্রিনা।

বাংহো : সুমিৎ তাবা ঙাক্কনা অমস্বা নত্তে
বাখলগী লংলা লংজিল থুপপ্রবস্নু অমস্নি
কান্নদবা ময়ামগীদমক্ক নাকোং শিজিন্নবা পামদে
মীওইবদি শেম্বিরকপা মপু কাওবা য়াদে।

অহল : ঐ খঙজরগনি, লেংলসি। [খোকথিবা]

খোইজু : [থাক্ল-থাক্ল নোকথোকই] হা-হা-হা.........
খোঙনা খঙই মানা চৎকদবা লম্বেল, লমথুংকম
মীৎনা খঙই মানা য়েংগদবা পোৎ, ককবা
নাকোংনা খঙই মানা তাগদবা ঈশৈ, সুংশিবা
পিরম্মী ভাইবং মপু শিদবনা ঐখোয়দা
মাগী মথৌ মঙাল পাংথোক্লবা ঐখোয়না
অহুবু কাওজন থিবা নমু ভাইবং ঙাইবনা
কাওথি মপু মাগী লেংগ্রবা থৌদাংবু।

অহোং : অখং অহৈ শাবনা অথ বমক ওইবরা
লৈবাক্কী মপী মপা শাবনা মপী-মপামক ওইবরা ?
সাধু সন্যাসী কয়ানা অচুম্বমক চৎপরা ?
মীচুংশি শাবা হৈবনা মীচুংশিবু খঙবরা ?
অনি অসিনি মীয়ামগী বাখলদা লৈনরিবা,
থবক্কা চিনগা মান্নদবা তাইবং মচৎ ওইরবনি।

মুপী : [লাই খুরুম্মুবদগী হৌগৎলকই]
লৌশিং চাওব ইবু ইপা ওম্মক
তাকপীয়ু ঐবু, ঐগী পুন্সিগী থৌদাং
নথোয়বু লৈবাক্কী মীচুংনিংস্থ হায়বদায়,
লমদম অসিগী অরা-অনাক্সীদমক্ত হিংলিবনিস্থ তাক্ক
ঐবু মতেং থর পাংবিয়ু লমজিংবিয়ু।

খোইজু : নপাং শেংন-কাইরবগী মতৌস্থ মাল্লি
নিংব কায়ব বাখলগী পোৎলুমস্থ থৌঙ্গৎপা মাল্লি
মুমিৎ খুদিংগী তেংথ নাওইনরিব ?
করি ননিং থুংদত্রনা নঙনা কনাদ বাকৎলিবা।

মুপী : লৈবাক অসিগী লৈবাকমচা কয়া পূম্নমক্তনি
ঐ বাকৎ; ঙসি ফাওবা তাবিখিদে— তারবস্থ
ঐ মীনোক; ঙসি ফাওবা উবিখিদে— উরবস্থ।

অহোং : চেন্নরিবা লমজেল্লি মাগী মাগী লমথুংকম য়ৌনবা
নঙনা য়াল্লি, কিজি পাইত্রবা নঙবু তেংবাংনবা

নঙোন্দস্ভ য়াল্লি, নঙবু মুংশিবা কোঙ্গায়না বাননবা
লংলা অহুবুদি থৎপা ঙমদে নঙোন্দ পুল্লিবা
ঐদি থাদোক্লব'ন পূম্নমক, ঐনি নিশাদ লুপ্লিবা ?

মুপী : ঐস্সু তাইবং অসিদা য়াওরিবনি, তাইবং ওইনা
ঐগীস্সু থরদি থনবিফম থোকুই, মুপী ওইনা
মুপীবু মুপানা মুপী ওইনা থন্দে, মুপী ওইনা।

অহোং : ঐগীদ অচুম্বতা হায়জবনি
লৈরাংদি অহুমক হেল্লি, পুম্না লৈরবস্সু
মচু মথেন্দি অহুম্মক কায়দে, নাইতোম তারবস্সু
নঙগী নশক ননমদা ঙাওজবা কাংবুনা থিজনি ।
ঐদি চৎলে অপাইবা লৈচিনগুম। [ঙাওহুনা থোকৃথি]

মুপী : তাম্নবা তাইবংগী তোর্ব্বান্দ, তোরৈ ভুখুল তুংইন্না
তাওথরক্লিবা তপ্ন তপ্ন, তাইবং তোর্ব্বান তম্ন,
নাওশুমদগী, ইয়ুমদগী, থোঙ্গাল বাংম লানবদগী,
অতোপ্প য়ুম্ন'ক অমদগী—মচু, অমদগী মচু অমা,
মচু অমদগী মচু—মচু শংজিল্লক্লবা;
অরেপ্পা মচু লেংদবা মচুনা শংজিল্লক্লিবা ?
ঈহন নাইবা ঈচেম্মা কয়ারক হাম্জিল্লক্লবা
তোর্ব্বানগী অরোইবা মচিন তম্না কোথোক্লবা,
মুপী ওইবী কয়াগী, মুপী ওইবীগী পুন্সিবু
হম্না অমুক্তং মেংবা ঙম্লিব্রা লৈবাকমচা তাবাশা
লমদম অসিগী লৈবাকমচা তাবা কাংবুনা ।।

খোইজ্ : মুঙাইবা থিবা লাকপা পুন্সিমা
অৱাবা পোৎলুম থোক্সৎতুনা চৎখিবা
মীওইবা ঙাক্তনি থঙনা থঙনা অমুম্মক
থিংদবদি মাদে, মুঙাইববু থাবদি ঙমদে।
করিগী অৱাবা ঙাক্ত খন্দুনা পুন্সিবু ৱারুগদগে ?
অহল : [চংলকই] করিনো নখোমনা তৌরিবা অ'সিবু ?
নশাগী নরাল, মশাগী অৱাবা কন্নাবু
সুপী : অমংবা লৈচিলগী অরুম্বনা নোং ওল্লগা তাজখি
ঐগী অৱাবগী মপৈদি করিগী কোকচনগনি !
খোইজ্ : মুংশিবা, কেমবা, অপাম্বা, কোঙ্গায় পিনবনা
মীওইববু মপোক কয়াদ কয়ারক পোকহল্লি।
মুঙাইববু পাঙ্গনা অৱাববু কোনশিল্লি।
সুপী : মুঙাইবা, মুঙাইবা—মুঙাইববু থিরিবা,
সমুদ্রগী ইরাওখোলগুম মতম চুপ্পা লেপ্তুবা
থম্মোইমুংগী মুংদবু মতম চুপ্পা লৈরবা
মুঙাইবহুবুরো মুঙাইবা, মীওইবনা তাল্লিব,
নজ্রগনা মপান্থোংগী, কুয়াংবান্দ খোপংনবা
খোপংবহুবু কোক্লবা, পোকপহুনা মুঙাইবরা ?
অনিসিগী কয়ম্বা মুঙাইবনো পাম্নীবা ?
খোইজ্ : মুঙাইবা থি মীওইবনা শিত্রিফাও
অৱাবা পি তাইবং মপুনা শিত্রিফাও

শেমই— মকু, মতোং মক্ক পুন্না
য়েৎশিন্নহ্বনা অমগা অমগা থানদবমথৈ
ঐখোয়ন মহাওহ্নবু খিরিত্রা, মতোংহুবুরা?

ঝুপী : অমা থঙদে অমা থঙদে— ঐদি অরাবনি
'অরাবা' মীবু য়েংলগা মীওইবনা মুঙাই
মুঙাইবা মীবু য়েংলগা মীওইবনা কন্নকই
অনিসিগী মরক্তা কনম্বনা মুঙাইবনো
ঐবুম্ব, নঙবুস্থ, মীম্মাস্থুন্থ পুন্না মুঙাইনবা
পোকপদবু থনখিবরা শিবা কিবা মীওইবনা
য়েম্নিং থানা থনখিবরা নাকেন্থাগী বাকমবু।

খোইজু : শিবা-হিংবা, হিংবা-বাবা, মুঙাইবা কপ্পা
কপ্পা-বাবা, কনানবু থল্লগবনো
কান্নদে শিরগা মীওইবনা কদাইদা চৎখিনি
'ঙলিগী তাইবং' তাইবংপাম্বগী তাইবং
সিবুদা থোইনা মুঙাইবা লৈবরদে।

[ঝুপীনা মাগী ময়োম অহ্ন মাহ্নুনা লৈ,
করিঙম্বা থর য়োমশিন্বদা চিথরম্বগুম্বগী মওংনি।]

ঝুপী : এ! ঐদি করিবোম চিথরম্নে।

খোইজু : করি কাওরম্নে।

ঝুপী : হায়রদোকপা য়াদবা অমা কাওরম্নে।

খোইজু : ঐদি থঙই।

সুপী : করিবো ?

খোইজু : নঙগী হায়দোকপা য়াদবদো ?

সুপী : ইকাইবগী ময়োমদো মীয়াম চংহুনা
মুনগে হায়হুনা তাররকপদা কমাইদনো তাহৌরে।
অহুগা মসিদা য়োমক্লিবা মুংশি খঙদবগী ময়োম
অসিনা ঐবু শোয়দনা য়াহল্লগনি।
ঐ মহু অমুক্ত থিরুদবা য়াদে
শমজিগী শমজিরৈ, নাপগী নাচোম লৈ
সুপীগীনা ইকাইবা, মুপাগীনা মরিংজেল
থানবা য়াদবনি অমত্তা অমগা অমগা।

খোইজু : ঐবুসু অমুক্ত মুংশিবিয়ু নঙগী চায়বগুম
য়েংপিয়ু তাংজবী উরিগুম লৈজগে পাযেলগুম।

সুপী : অপাম্বা নঙনা পাম্বগুম ঐগী অপাম্বসু মরৈরি
পুন্সিগী অয়ুক য়েন্দাদগী থিরক্লি, হুমিদাংবাইকাও
ইথুত্তা লৈরাং পরেং পাই, পামজবা মুপাদ হুকে থন
ঐনা কনাদা হুক্কনি; পুন্সিগী চায়জবা ওইনা থিরি
থম্মোই য়াওবদরা নত্রগা মাইথোং কজবদরা।

[চংথিবা]

খোইজু : হে কুমগী নোং মতম চানা থিকপিয়ু
ঐগী য়াথল কৌহাম শাংহনবিয়ু।

অহল : [চংলকই] হুজিক ফাওবা চংলমত্রি।

খোইজু : চৎশ্রে, বাথলদি মঙালগুম য়াংবা
লৈমি হকচাংদি লেংত্রবা চীংজাওগুম
মুপীমচাশিংগী মুংশিশাবা তাত্তা য়েংহুনা।

য়াংহে : [চংলকই] কৈদৌবগে লৈবাকমচাশা নখোয়বু
ঐগী উরিবা মিৎ অসিদ তাংহনবিয়ু।

অহল : করিগী, মিৎ তাংহনবা য়াদে
করিগীনো নওনা তাইবংগী কুমৈবু য়েংনিংত্রিবা !

অহোং : য়েংলে, ওক্লে, অমুক হন্না য়েংজয়রোই।
থাজবনি থল্লুবা অকিবা ওাক ওইরম্লে।

খোইজু : করিবুনো কিরিবা ?

আহাং : মুপীশিংগী নমথাক, ঈশ্বরগীনা তাবিদবা ?

খোইজু : চুম্মী মহুমদি ঐসু য়ানিংই।

অহল : নমথাকতি নখোয়না তৌহনবনি
নখোয়গী লৈজবা থম্মোই তেংনা মুংশিরুবে
চিন্নান্দনা অমা, পূক্লিংদনা অমা
অনি অসি থক মায়দে। অহুগ—
ঈশ্বরনা করিবু তাবিদবা লৈঞবগে ?

অহোং : মহুনা মহু ওইগ্রো, ঈশ্বরনা কনাগীবাসু তাবিদে।

অহল : তারোই, ঈশ্বরদি নখোয়গী বাকৎকম নত্তে
উরোই, ঈশ্বরদি নখোয়গী ফিভম নত্তে
মীওইবনা থুদোং য়েংহুনা ঈশ্বরবু নিংই

মাগী কান্নবতুদা হায়রদুনা শেঙ্গীবা মপুবু থুক্লই ।
অদুনা ঈশ্বরনা কৈদৌঙৈদসু নঙোং পাংলক্রোই ।

খোইজু : ঐখোয় মীওইবনি,
মীওংববু শাবদা অরাম-খোরাং কয়া হাপচিল্লি ।

অহোং : মীওইববু শেম্বদা লৌশিং মতিক চানা হাপই ।
লৌশিংদুনি মঙাল, অমম্বা লম্বেল উননবা ।

বাংহো : [চংলকই] ময়াম পুন্নমক মতম ওইত্রিব্রা ।

অহল : করিগী মতম ।

বাংহো : লাইনিং লাইশোলগী মতম ।

অহোং : ঈশ্বর হায়বদুবু লৈরিব্রা ?

খোইজু : ঈশ্বর লৈরবদি ঐখোয়সু হংজগে ।

বাংহো : লৈবা লৈতবা মা-মাগী থাজবনি ।
করিবুনো মখোয়না হংগদৌরিবা ?

খোইজু : ঐখোয়গী পুন্সিদা করি ওইরকপা য়াবগে ।

বাংহো : মদুদি নশামা থগুজগদবনি ।

অহল : মীওইবনা হকচাংগীদমক্ত হিংনমবা চাই ।

বাংহো : হকচাংবু পুম্বিবা থবাইগীদমক্ত করি তৌনি ?
লাইশোল, পুক্নিংবু শেংনা থম্মনবা
ঈকজৈ, হকচাংবু শেংনা লৈমনবা
কপ্পি— তাইবংগী অবাবা ওয়া কোকথিনবা
বাই— মীওইবগী মুঙাইবা লাকপা য়ামনবা ।

অহেল : ওসিদি নহাক নতিক নওাল লৈরবা,
লৈবাকমচা তাবা পূম্নমক্ক ইকাই খুম্নরিবনি
নঙগী ফমদা, লৈবাক্না য়াবা মী ।

অহোং : নত্তে, লৈবাক্না য়াবা মী—
চিরোলনা, পুন্সিবু অয়েবী থাক য়েনা থাঙ্গৎপনি।
ওইদবনা, অচুম্বা শাম্নুনা ভাংলিবনি।
মশুং-মপান নাইনা চৎপা মীনি
মাবু ঐথোম্বনা ইকাই খুম্নিংদে ।

খোইজু : নখোয় হায়নিংবমখৈ হায়জৌ—
নখোয়না হয়েংগীদমক্ত ওসি চম্বা লেল্লু ।
ঐনা ওসিগীদমক্ত ওসি অহুম চাগনি ।
ঈশ্বর নিংবা কয়ানা ঈশ্বরবু ফংগ্রবগে ?
পুন্সিদি তাৎ, চৎনবী, ওইরোইদবা, লৈত্তবা
ওইদবা কয়াগী মঙলাম্না শাবনি ।

থাংহো : চৎনবীনা, মী ওইববু মশাগী মশক তাকৃচৈ
হুঙা মিৎকপ্নৎনা পলেম ইমা কৌনা মহনথি ।
ফজবা শকফমদা লাক্লগা ইথি থিনা মহনথি ।
থুত্তুম শিংহুনা লাক্লগা থুবাক তিংনা মহনথি।
পোকপা শিবা অনিগী তাম্নকসিদা মীওইবনা,
নোংথাংগুম পুন্সিগী মিৎকুপসিদা মীওইবনা
করিবু তৌবা নংহৌবগে, করিবু পাংগে লাকপনো ?

খোইজু : থম্বুবিয়ু লৈবাকমচাশা —
থবাইগী থাজবনা থাইনগৈগী বাখলনি
পোকপা শিবা অনিগী মরি থম্নোবসিসু থাইনগৈনি
লৌশিংনা ময়া পাল্লবা মতম অসিদা
থবাইবু লেংদবা পোৎনি হায়না কনানা হায়রিবগে ?

অহোং : থবাইদি পোকপা শিবা নাইদবনি
হকচাংদি মাংখিগদবা পোৎ ডাক্তনা শেম্বনি।
শেমসনু, লৈসনু, ঐখোয়সু হিংলিসিজাইদনা।
মচু নৈনবনা মীওইবদা করিবু কান্নবগে ?

অহল : অচুগা নখোয়না শিববুদি করিগী কিরি।

অহোং : শিবা কি হায়চুনা হিংদবা য়াব্রাও!

খোইজু : শিবা কিরবসু শিনি, শিত্রবসু শিনি
শিগদবগী শিগদবা ডাক্তনি লোইনমক শিখিনি।

রাংহো : থাংবগী পাঙ্গল লোইরকপদা মীওইবনা পোথাই
মীংকুপ অমা মুডাইনা থুয়া তুশিংনা তুমখোকই
মসিবু নত্রাও ঐখোয়না শিবা কৌনরিবা।
অবাবা, অনাবা, মুডাইতবা পোৎলুম খোঙ্গত্তুনা
চৎলি, থাংলি অতৎপা লৈতবা খোঙথাংনা
তাম্ন লৈত্রবা লমথুংফম অমা তন্না
তেংবানবসিদা লৈরিবা গ্রহ কয়াগী খোঙচৎনা
লেপ্পা লৈতনা অসুম অসুম চৎপ গুম
মীওইবগী খোঙচত্তি লেপ্প লৈতে — লেপ্তুরদে।

খোইজু : ঈশ্বরবু থাজবা মী কয়াগী পুন্সিদি,
কৈগু নত্তে,লাইরবা,অরাবা,মুত্তাইতবা,লৌশিং লৈতবা
ময়াম অসিগী য়াইফনবা থনবদা চোকথরবত্থনি।

অহোং : বাবা লৈবদগী মুঙাইবা লাকপা
লাইরবদগী ইনাকখুনবা পোক্লকপা
অথিবা লৈবদগী ফজবা থোরকপা
অনিসি অমগা অমগা থানবা য়াদে
পৈশা অমগী মমাই অনি
তুরেল অংগী তোর্ব্বান অনি ।

অজল : চুম্মী অমরোমদদি অনিসি পুন্না মুথৎলবদি
অমত্তসু লৈরোই— অমম্বা লৈবনা অঙানবা থোকই।

বাংহো : পুন্নমক্কী মিৎয়েংথনা অমনি
মমিং লৈরম্বা তীর্থ কয়ানা পুল্লগা শেম্নবা
সমুদ্রগী ঈশিংবু করিগী থুমহি চেল্লিবা ?
নিংবগী মহৈনা অমনি!নিংদবগীসু অমনি।

খোইজু : ঐখোয়না তৌরিবা অয়াম্বা থবক্কী মহৈ কয়া
ঐখোয়দা মত্থগী মতিক থোকপা লাক্লরদি
কনানসু অরানবা থবক অমত্তা পাংথোক্লোই।

অহোং : থাইনৈঙ্গী বারীদা ঈশ্বর লৈরম্মী হায়রৈ
হুজিক্কী মতমদা 'ঈশ্বর' বু কদাইদা চংশ্লবগে ?

খোইজু : থাজবা কয়ানা লান্নবা তাইবংনি
ঈশ্বর লৈরম্লবদি অচুম্বা শোয়দনা লৈগনি
লৈবাক অসি মুঙাইনা ফজনা পানগনি।

অহোং : ঈশ্বর নিংউ, মীওোন্দা লৈ হায়রুমু
উদবা অমনা উদবা অমদা পাউ তম্বা
ঐখোয় থাজবা ওমদে, শুকথা থাজদে।

খোইজু : ঈশ্বরগী মরমদা ঙাংনবসি তোকঙানি।
পাপ হায়বহু লৈরবদি ঐখোয়বু লাক্লবিয়ু।
নুরক হায়বহু লৈরবদি ঐ মতুদা লৈজগে।

অহোং : পুন্সি হায়বসিদি অচুম্বা ফজবা নত্তে
অরোন-অথুপ ওইদবা ঙাক্তনা শাগৎপনি।

অহল : অতু ওইরবদি হায়য়ু—
বেদ, শাস্ত্র, পুরান, পূয়া পুন্নমকসি করিনো?

মুপী : [চংলকই] হায়বিয়ু লৈবাকমচাশা—
ঐ নৌনা ইপুরোইবা কায়নক্রবা মুপীনি
বেদ, শাস্ত্র, পুরান, পূয়া পুন্নমক্ত মুপীবু.........
মুপীবু মমানি, ইকাইথুন্নফমনি হায়রগা।
হা...হা...হা... নোক্তুম নোক্লিংই—
নহা ওইরকপগী ফজবা তোংশা কয়াবু মীহৌরি
ঐগী ঈপা ঙন্না শিখি, ইমাসু ঙন্না কায়নখি
নখোয়গী ঈশ্বর হায়বহু লৈরবদি—

মমিৎ তাংবা, মনা পংবা, লোন থোক্কবা
অয়েকপা লাইনি, অশাবা মত্তিনি ।
বেদ শাস্ত্র, পূথী, পুরান পুম্নমক
কৈরোল চনাশিনব্রো, মৈশাদোকব্রো, মাংকনব্রো,
মুপীদ মুপাগী, হায়দোক্লোই— হংউ ঈথৌলাংবসিদ
ঐখোয়গা মখোয়গা কৈনরিব মরি—
অকৈবশিনা, মুপীবু লোংলবা লৈরাংগা চাংদম্নি
অকৈবশিংন ,মুপাবু লৈংহন ভাগ্তবা থোইমূনি হায় ।
[নোকই]
শারেল চুবগদবা শাবু য়েংলগা
নখোয় ময়াম্না নোকই, মাগী থোংশা মহাপ্রভুগী
মুপীনী পূরিংদ পুক্লিং নত্তে. ভক্ত চুইগং থাংবনি
মমা-মপান্না থাক-য়োনখৈ অতোপ্পা মুপাদা
ঙনম্মী মাগী থম্মোইমুংগী য়াবা কৈরোল চম্না
[শাপুনা] ইমা পাম্মোইবী লাইরেম
মুপীবু মাংলেমচা কাইথী লেপ্লিবগে.লাইরেম
ঙ লোকাপক্লো ঐখোয়গী থম্মোই. ঐগী পুক্লিং
পুম্নাগী মৈরোল কয়া লেপ্পা ঙম্বা মুপীবু
ইকাইখুম্নদবা, মীঙুংশি কৈতবা, নোক্লবিবা,
য়েংহলং থাবা য়েনখুম কোম্নতান তান্নবা
বেঙ্গুংদবা লৈরাংদা মালংবনা 'মুক হুমখিবা
খাবু তংলি তাইবংদ মুপী ভইবী কনানা ॥

নাইজু : মঙোন্দ থাজবা থম্মু। ঐখোয়গী থাজবসু লৈতে।

খুপা : ঙুপীবু ঈশ্বরনা শেম্লক্লবদি
ঈশ্বরবু ঙুপীনা থুগাইকম থোকই
থম্বক মনোক-মীশা লাংবা মপোক
পোকপদগী শিবা ফাওবদা মুডাইবা ফংহন্দবা
তাখাং কংবগী চাং যেংদা পুন্সি লোম্বা
ঙুপীবু ঈশ্বরনা শেম্লক্লবদি
ঈশ্বরগী পুভম, মুত্তি পুম্নমক থুগাইগদবনি।
থুনাংগনা ঙুপীবু ঈশ্বরনা অম্বক বানা শেম্লীবা
[ নাংপোক পাঙোহৈগী মুত্তি থুগাইনবা চংশিল্লকই]

ঙাংকে : [ ঙুগী মমাংগী লাইশোংদু শোল্লনা মতুং]
লাইরেম ঈমাংদি শাংয়ান কয়া ওইবানি
ইমা, লাইবা পাঙ্গী অরোংবু কোকপিরো ?
হুম, নিঙ্গা মিয়া ভাবরো মালেমসিদা অমুক্ত
[ অকনব নোংলৈ-মুংশিং অমনা বন্ন হুমাজল্লকই,
ময়াম পুম্নমক মমাই লৈপোক্লনা থাংলৈ লাই লাংফম
অদু তান্না কনামক চংশিন্দে অথাক-অরাওগী কল্লবা
মখোলগা লোয়নবা নোংথাং ঙৈহাক লৈতনা কুপ্লি। ]

খোঙ্জেল : লাইরেম ঐবু মীথানদবা শাওদেয়ে
য়াওরক্লবা লৈশেমবদে মৈ,ঈশিং,মুংশিং,অতিয়া, লৈ।
পুম্নমকসু তাদবা তাহৌ।

লৌওনবী : ভাংলো লৈন থেংনবা ঈচিক ঈরাই হুন্নবা
তাইবং শিন্থা শুবনা মখৌ মঙম থাবরবা!
উচেক বাম্বা পূম্বনা মহুম শুংদা চংপ্পবা
অয়ুক্কী ভাঙ্গ্রানবা মঙালদা শাংচনী লৈরাং কয়াম্বু
পুন্সিগী মুমিদাংবাই য়োরক্লবদা কেনজখিনি মদোম
পারি নঙদি লৈরিবোই লম্মুক্কন লমহাংদা
পলেম ইমা ওইবীনা পারি খোম্নাং ইমগে লাও
থুংশমুন খিল্লমগে পুন্সি থরায় থোঙ্গালকাও।
[অহোংগী থবাই লৌচুনা ফি মচেৎ অমদা য়োমশিল্লগা
শমদা হাপ্পী। থবাই পাইখোকখিবগী মঙং উৎলি।]
[খোইজুদা ওনশিল্লহুনা]
চংথিবদাই নহাকপু পুন্সি থোদাং পাংনি হায়
লৈরম্মে নহাক্কী মপুগী শিন্থাবু কাওহুনা
লৈরাং লৈগী লৈনমদা লমদল্লিবোই লমতুপ লমতুপ
লম্মুক্করে, লম্মাংনরে লমকেল্লবা লিচৎনি।
তুরেলগী তোরৈ তোরৈ পুন্সিগী ঈরৈ ঈরৈ
লানবা তমথুস্থ ঙমদনা লৈঙোই শেক্ক মথক্ক
অঙৌবা হুকচাং লোংন তা মুঙাই তুমখুন তাল্লিদ
মুংশিবনা মৌবু ওই, অপাম্বনা হিবু শা
হোম্থখিসি অবা-অমা হিদেন কয়া লান্দুনা
য়োক্লবা মকমহুদ পাক্লবা ঈপাক ইয়াই।
[খোইজুগী থবাই লৌচুনা শমদা হাপ্পী]

লৌওনবী : [ঙুপীদা ওনশিল্লকই]

থোয়নৌ ইতা লগাক্তী ঙুংসাঙ্গর ফুইনা হোন
চেল্লি ইকাই-ঙুশি পে ংয়ো গা পুন্সি কৈখেল তম্না
য়াংদৌলম্বীনদি শাংথিবা, পুন্সি থৌদানগা য়ামথিবা
নংহৌররোই মতানি অব'-অনা খণ্ডনা।
লৈহাও লৈনম 'ঙুংশিবা নাপদ চিনসিরা মংল্লু
পুন্সি থৌগাই শাংহনা ঙুংশি খুৎপু তিংথোক্রুই।
লৈচিলগী বাখলগুম অপাইবা পে থাফমদি খণ্ডনা
অপাম্বা মচুন থল্লবা, পূক্লিংনদি থনফম থোক্রবা
পুন্সিগী ঙুমিদাংবাইরমদি য়ৌশিল্লক
অয়ুক চাক্তামিমরম্বা চেক্লানা
মহুম্মুংদা তম্নকপা মপাং শেংন কায়নৈও
কুমগী নোংগা নংবগা তুফক তুফাই চল্লেদো।
অরাবনা অরা খওই, ঙুভাইবনা অরাব খঙবিদে
বাখলনা হুমনি চুবা মোনখাংনবা
নোকপন মিংকুপ অম্না ঙুংভাইহনবা
অবা-ঙুভাইগী ওন্ননবা খন্দ থাঙ্গৎহনবা
নঙনতা বাবা শরুক য়া পুন্সি লেল্লক্লবনি
ঙসিদি পূম্নমকপু কাওথোকতুনা ঙুভাই তুমখুম তাল্লি।
মহৌশা শায়নোন নাপ লাংলিগী ইতানি
লাও চৎমিন্নসি ঐনা লমজিংবীগনি, কিরুমু।

[ঙুপীগী থবাই :লৌথোক্লগা শমদা হাপচিনবা]

লৌওনবী : [বাংহো অমসুং অহলদা ওনশিল্লহুনা]
পারি মপোক খোই খোইবা নমু তাইবং পানবগী
অবা-অনা কয়াগী বাখল পোৎলুম খোংলুবা
পোথারনি ওসিদি নোংমল্লবা হকচাংদো
পারি মপোক অনিগী কোরৌ নোঙ্গা লম্বীদি
পলেম ওইবী ঐহাক্না থবাই মাবু পুহুনা
নোঙ্গা লম্বী তাক্লনি। হকচাং নংদি লাকউকো
খোঙাক ঈচিথেল মকোয় মুংশি মুংওলচিং
পলেম-পম্থৌ মপারি মমোম কয়া ওাইনচিং
খোংনা মাং থাহুনা ফুঙ্গা লাইরু কোল্লগা
মাংশোক্কি উখোং অনি লাল— শঙ্গাই মাবু থাদোক্লম
লাইরম্লেন্দি ফংন খোং, ইচুম তাকম ওইরিবা
ইরম তরেং খোঙলম তরেং লাম্লগা
লনশোনবী লময়াইদা মোম্নুনা বারে পোথাকম
নোংমল্লবা হকচাংনা চংবী লারাক থক্ত হিপ
কৌক্রু, থাংজিং, বাংব্রেন, মাজিং, লাইমরিনা পোথাকম
চুক মরিদা কব্রং ফিনা কোইশিন্না
মুমিৎ থাদি উহন্দ চুমথাংনদি থাকথন থন
ওাইহাক পোথারবা তুং শাগৈ-নাক্তৈ তুংইনরম
কাইরেল কায়জাও মথক্ত মাইথ অহুম থা
শংব্রৈ মোনথাংনহুনা নোংমল্লবা হকচাং অসিবু
লাইনিং-লাইশোল' কোম্নন থিন্দোকহল্লকউ তোর্বানকাও

পলেম ওইবী ঐহাক্সা থবাই মাগী লোয়নবা
মিগা থাগা তরুকশুবা থবাই মাবু পুরগা
লৈমুং থোঙারেল নাক্তবু মপু থৌগল ফংলুসি॥

[পেনাগী মুংশিরবা মথোলগা লোয়ননা শিংকপলোন্দা ঈশৈ অসি শকই, তাল্লক অসিদা লৌওনবীনা থবাই মাবু মীকোন থাগোম্লহনা তপ্পা তপ্পা হনখি।]

**লাইট ওফ**

## অহুমস্থুবা মতাং

মফম — লৈমুং খোঙারেলগী লৈফম।

মতম — নোংমা চুপ্পা।

মী মনোক কক্‌ফম, মরালগী মত্তিক খোকপা লাক্লফম, হিংনা মৈ থাফম, মী থাদা জৌফম্নচিংবা অকি-অখং কয়া কয়া লৈরি। লৈমুং খোঙারেল তাংবলদা পোথাহুনা লৈরি। মৈ থর থর ঙাস্তোরকই ফিজং হায়দোরকপা নাহেবগী, কনাগী মীখোল মক্তনা মাইকৈ থুদিংমক পুমনিল নিল্লী। ঙসাইগী হাঙশমদা থবাই মিরেলবু মীকোন খাগোম্নহুনা থমখিবা ময়োম অহু অমমমত ওইনা পুখোরকই।

লোঙনবী : থক্কোরকপা মঙালদা তাইবং থবাই ওইরিবা
অচৎ-চত্ত পৃথ্বগী থবাই মিরেল হাপ্পীবা
চিংঙ্ লঙগী নয়াথং পাংখোকচরে ননাইনা [থুরুম্মী]।
খোঙারেল : তাইবং শিন্থা লোইত্রিবা থবাই পানবা মখোয়না;
পুঙমদ্রবা মরালগী অবা মপোং অহু পুহুদা

তাইবং ম্নাংদৌ লম্বেলদ হঙ্গৎ হন্দা চৎলিদো।
পুন্সি পথাপ কায়দনা খুম্বং লিচৎ অরুবা
লিচৎ-শাজৎ চুম্নবা বায়েল চৈরাক পিনবা
মরাল অহু কোক্লবা পুথোরকউ অমমমত।

লৌওনবী : [শমহুগী কিশি অহু লৌথোক্লগা হৈদোকপগী মঙ তৌই]
য়েৎকী লমদাং ওইরিবা অহোং হায়বা অহুগী
থবাই মীরেল অহুনি চিংঙু মিৎয়েং তাবিয়ু।
[মাগী থবাই অহু কেক হৈদোকপগা মৈথু-মঙালগা পুন্না পাইথৎথি। মাগী অশেংবা শক্তম অহু ওইনা থোরকই। ফিজেত্তি অঙৌবা ভাক্তা শেৎলি। অহোং ইচেক ওক্রা মিৎকপ থোকপগুম থোরকই—লৈশুং খোডারেলবু খুকয়ই।]

খোডারেল : তম্ব নিপা নহাকপু লৈগুং খোঙারেল ইনাক্ত
পুরাক্লবা অসিগী রাগী বারম্ন খঙবরা ?

অহোং : খঙজদে নুনাইদি।

খোডারেল : মীওই মপোক হায়বসি লান্দবা কন য়াংদেদো
নমু পোং ওইবনা শেম্বীবা মপুবু কাওবরা ?
অতোপ্পগী মাংনবা থক খনবা হৌনদে
তাইবং পান্দ লৈরিবঙ শেম্বিবা মপুবু শিংনবা
মতিক চাবা মরালগী লাক্লকমদি লাক্লনি।
তাইবং শিংচৎ লোইহুনা থম্মুং কিকোই লৌওনবীনা
নমু পোং ওইবগী ম্নাইবা থবাই মিরেলদি

বারক চৈরাক পিগে থন ভৈহাক নোঙাবকপনি।
নহাক নশাগী লংজবা নরালচুদি খঙজবরা ?

অহোং : ঐনা লংজবা করম্বা অহকপা ইমাল লৈবনো
তাইবং নোংদ লৈরিভৈদা করিনো ঐনা লাল্লুরিবা।

খোঙারেল : নশাগী ওইজ খিচুনা মীগী ওইজবা হাৎননবা
পূক্লিংদনা অমা থল চিন্বান্দনা অমা ফোং
চাহৈদবা চাচুনা য়েংঙৈদবা য়েংচুনা
অচুম্ববু শিংনবা অরানববু য়োকখৎপা
মশাগী চৎনবীবু থা, শেম্বীবা মপুবু শিংনবা
ময়ামচুগী মতিক থোকপা চৈরাক চৈথেং ফংগনি
মান মান তৌজবা মান মান ফংজবা।
নমু পোং ওইরিবা তাইবংপানগী লোনচৎনি।
থম্মুং কিকোই লৌওনবী তারিব্রা নহাকপু ?

লৌওনবী : তাকপিয়ু চীঙু খোঙারেল ফিগাওশানা য়াজরি।

খোঙারেল : মরালনা মপোৎ ফারবা তম্বা নিপা অচুগী
করি তৌফম থোকপগে অমূক্তদি খঙহল্লু।

[থম্মুং কিকোই লৌওনবীনা অহোংবু চিংচুনা পুশিনখি.লাইট মুৎশি-মুৎশিতমক ঙাল্লি, অহোং পাথৎনা চেপ্তোরকই।]

অহোং : [লাওরকই] ঐ শিরে ঐ শিরে ঐবু হাৎকনু
করিনো তৌরিবা অসিবু তাইবংপান্বগী লোনচৎলা ?

মীবু মমিৎ কোৎপা মীবু হিংনা মৈ থাবা
মীবু শদন থাহুনা ককপা মরৈ ককথৎপা
ঐবু অমুক্ত কনবিয়ু ঐবু অমুক্ত কনবিয়ু [চেন্থোরকই]
ঐ মফমসিদ লৈজররোই, ঐ চৎচগে
ঐ হয়েংথৈ তৌজররোই ঐ হয়েংথৈ তৌজররোই।

[চেন্থোরক্তুনা খোঙারেলদা খুক্তমী]

তাকপিয়ু চীংঙ্, খোঙারেল ঐবু শিরবা হায়বহুরা?

খোঙারেল: শিত্রি অশিবগুম্বনি নোংমল্লবা হকচাংনা
থাম্বী মৈদা থাহুনা মালেম লৈতাইনত্রিদো।
নোংপোক পান্থোইবী লাইমাংদ অঙৌবা হকচাং লৈরিদো।
হায়য়ু নিপা— নঙনা করি করি নরাল তৌথিবা?

অহোং: [মশা পুমচোক চোকথৈ]
কারবু অরানবা কৌবগে মহুনি ঐনা খঙজত্রিবা?
হিংদবা য়াদে পুন্সিদি শিনি হায়বা কাওথোক্লই
হিংনবগী রাখলদা অচুম-অরান খঙজখিদে।

খোঙারেল: অরানবা, তৌহৈদে হায়বা অহুদি—
অতৈ করিস্থ নত্তে, নত্তবা শাজৎ চৎপা
নত্তবা রাখল থনবা, মীগী মপোৎপু নঙগীনি থন
মীগী থরাই মুঙাইতবা থবক-থৌরম কয়াবু
নঙগী মুঙাইবনি থন্দুনা তৌহৈদবা পাংথোকপা
হিংনবগী দমক্তনি হায়হুনা মীগী মাংনবা তৌবা কাংবুহুনি।

পোকপদা মীওইবশিংসে মান্নবা পোক্লকই
খোঙ অনি থুং অনি খেন্নবা করিসু থম্লক্তে
অদুনা কমদোনা নঙনা অরানবা থবক তৌরিব্বা।

অহোং : চীংঙু ইবুঙো খাঙারেল ননাইনা হঙ্গৎচবসি তাবিয়ু
মীওইনা পোকপা খুদিংনা সুঙাইববু পামইদো
সুঙাইনবা হোৎনবদা অরাবা কয়া তৌনিংদে।
সুঙাইব হায়বাসবু করিনো মতুমদংগা তাকপিয়ু।

খোঙারেল : তাইবং মীওইনা পোকপনা সুঙাইবা ফংগে হায়রবদি।
তঙাইফদবা নত্তনা অপ স্ববু থাদোকপা।
মীসুংশিদি মীসুংশিনি সুংশিবা হায়বনা অমনি।
মপাম্মোংগী সুংশিবদা মীওইবা কয়া বান্নৈদো।
শকফমগী সুংশিবতু নত্তে থম্মোই সুংগী সুংশিবনি।

অহোং : নশাগী মপাল তাংতুনা সুঙাইববু খিনৈদো
পোকপু পোক্লবদি মীওইবা শেল্লেপ মাংগে লাকপনি
সুংশিরবা হকচাং মাংখিতুনা থরাই ফাওবা চৎখিদো।
করিগী শেম্বীবা মপুনা তাইবং মীওই কয়াবু
অরা ঈপাক্তু লংঙবা শিবা ল্লোম্বা নাইদবা
সুঙাইবনা মপৈ মপৈ চীংতুমগুম্না লেংদবা
খোয়রুম মোমোন ভোতুনা অরাবা মচেৎ পক্কনা
কৈচিল থাংদ অতিয়াগুম ঙাম্মোইবিরী তাংবলদ
তাইবং মায়কুম পানুবদনা মীওই মপোক কয়ানা

অবা পোৎলুম পুন্থুনা পুন্সিগী য়াংদো শাংলবা
লমথুংফমদি লৈতবা লোমনাইদ্রবা লমশাং লম
লম্মুকহুনা লৈরবা লম্বেলদবু লংশেকপিরি ।

খোঙারেল : থিদে তাইবং মীওইপোক্তিকাওই তাইবং মপুবু
স্বর্গ য়োৌবা লম্বেলফাও সনাগী কৈরাক থাবনি
কাগে থন্দে নথোয়দি শান্নহুনতা লৈথোকই ।
নমু তাইবং মপোকফবা তাইবং মীওই কয়াদ
লাইগী শাইওন লৌহুনা ইর.ৎনৈদো তাইবংদা ।

অহোং : ঐথোয়বু কারগী থাবিরি তাইবং মালং পান্দুদ
চানিংবা কয়া পিজদ শেৎনিংবা কয়া ফংহন্দ
অকাইবা হিদ তোংহল্লম অকনবা ঈরৈদা ঈরাক্লহন
অরেং অরেং পুথবা ওইরে পুন্সি ঐথোয়গী

খোঙারেল : পাক্লবা তাইবং ঈপাক্ত হিংবা হায়'হু অরাইবনি
হিংলিঙৈগী তাল্লক্না তানশিল্লু লৌশিং লল
তাওথখিনি লল-থুম তুরেল কৌশিং ওইনা
লৌশিং ললদি অথোইবা মপোক কয়াদ লোয়নবনি
মহুনা তাকনি নথোয়দা অশেংবা লম্বেল মীওইবৈ ।

অহোং : থঙজরনি হুজিক্কী তাইবং মীওই মপোক্লা
তানগদবা ললদি লাইনিং লম্বেল অথোইবনি ।
তাইবংপান্দি তরংনি অতিংকোকনি মালংপান ?

খোঙারেল : তাইবং পানবা কুমৈগী অরাৎপা শরুক অহুদি

মথ। তান', য়াওরুখো তাইরেল পুংফাই মনাগা
হয়ি হম্না-হয়ুম শিদবা লাইশোলনা শেংদোক্লবা
নমু তাইবং পোংগুম পূক্নিং বাথল শেংনা
মীওইববু য়াইফনবা তেংবানবদা পোকপনি।
অহোং : নোংমল্লবা হকচাংদি প ম্পোইবীবু শিংনরুডৈ
পম্পোইবী লাইগী লাইশংদা শাংথ লেংথ তারিদো।
খোম্বায়েল : বারুগম্বু তাইবং পোং থাবিগনি ঐহাক্না
থবাই মীয়েল ওম্নমক কিদম পুন্সি ওইরুনবা।
অহো' : অরানবা থবক তৌবগী মতিক থোকপা চৈরাকশিং
করি মরাল তৌরগা করম্বা চৈরাক ফংলিবা
মালেম ঐদ কুমম্রিডৈ য়েংজখিগে ননাইনা।
থাজরুদবা ঐখোয়না থাদোকপদি য়াদবা
শেম্বিরকপা মপুগা তংনবদি য়াত্রবা
লংলা লংজিন অত্তুদি মপুগী কোলোয় মীখ্যৈনি।
অরানবা কয়া লংজরুবা, নত্তবা কয়া চৎচরুবা
শেম্বিবা মপুবু শিংনরুবা লংজগ্রবা ইরালনি।
ঙাকপিফম থোকপা ঙাকপিয়ু কনবিবা য়ানা কনবিয়ু।
থৌজাল মিৎয়েং অপোইবা মিত্তাবিয়ু ননাইদা।
খোম্বায়েল : নওগী থবাই মিয়েলদা থম্মুং কিকোই লৌওনবীদা
অমুক হন্না শিন্নহুনা নোংমল্লবা হকচাংদো
তাইবং কুম্মৈ য়াওনবা মপুই শিম্বা পিখিনি।

[অহোং খুরুম্নগা থোকখি]

খোঙারেল : থম্নং কিকোই লৌওনবী তারিব্রা নহাকপু
থবাই মিরেল অমমুক পুখোরকট্ট মাংসদা
করি মরাল লংজবা ঙাক্‌পিফম্মু লৈবরা ?

লৌওনবী : থবাই মীরেল মীওইবৈ মরাল মপোৎ ফারবা
ঙাকপিফম লৈর ঙাকপিয়ু লাক্লফম থোক্লে লাক্লবিয়ু।

[হাওশমদগী লৌখোক্লগা পুম্লিবা কিশি অমা খোক্তুনা লৈবাক্ত থাদবগী মওংনি। তাঙ্গা অসিদ হায়গুম হেক লৌখোকপদা মৈগু মঙাল পুম্না পাইথংলি। খোইজুগী অশেংবা শক্তম ওইনা খোরকই। ফিজেত্তি অঙৌবা ঙাক্তা শেংলি।]

খোঙারেল : য়েংকি লমদাং ওইরিবা তঙ্গা নিপা চংখোনরা
পারি মতম মাল্লিবা— তাইবং মীরম্লেন থারগা
খোঙারেল ঐগী ইকাদ য়েৌরক্লিবসি থঙলব্রা ?

খোইজু : [খোঙারেলবু উবদা ইত্তক ঙক্লা খুরুম্মী]
ঙক্ক ফিবু য়েংনা খুরুমজরি ননাইনা
তাইবং মীরম্লেন সুঙাইবা হুন্দোক্তুনা থম্লগা
লাইগী লৈবাক লাইরৈবাক্ত করি সুংগী কৌবিবা।

খোঙারেল : তাইবং মীওই মপোক্তী পোকওমদবা মপোকনি
লাই মঙা তরা খুন্দিম্লবদা, ঙাংনরিবা বাফমনি।

খোইজু : তাইবং পান্দ্র লৈরিবৈ থঙনখিবা তিম্লখিবা
কনা মত্তবু উদেদা 'ঐ' হায়বসি নত্তনা।

খোঙারেল : নথম্নত চৎখিবা নথম্নত বল্লকপা
লৈরোই কনা 'মন্তা মরি-মতা শাগৈ-নাতৈ
মুংশিবা মুপী, ইমা-ইপা, ইচা-ইশু ওম্নমক।
খোইজু : অঙকপনি মকমসি লুপানা ইঙ্গি শিংলিবা
মণি-মুক্তানা থাম্নিবা থবানমিচাকুম তগুপ তগুপ
অহাংবা অতিয়াদা ফজবৈ মপাল নাইদগুম।
খোঙারেল : অবাবনা থল্লবা অনৈবনা চেল্লবা
অপুম্বনা নমথিরবা অওবনা ভুক্তচরবা
মল্লবা মিরাং থুরবা নিঙ্খাইগদৌরবা শঙ্গাই য়ুমগুম
মচেৎ মচেৎ কায়রবা অকাই অতোইনা থল্লবা
ময়াম্বনা তাশিল্লগা শোয়রবা শাচা অমদা
হৈরকপা পোত্তুনা মীয়াম মমাংদা লেম্নবগুম
তাইবংপান্দ নখোয়বু পুখোক্তুনা লেম্নরি।
খোইজু : মঙলান চাদ চারগা তাইবংপান্দ হাওবরা
শামুনা তানবা খোক্লগা ঈশিং চোংথ কদৌনি।
তরং মালংদা য়ুম্লিংবা লৈচিল পোমাই ভুরগা
মিত্রং তৌদুনা থম্নগা লাইরৈবাকপু শেম্বরা?
খোঙারেল : কোরৌ থঙ হেম্নিবা নোংমদোন থাজ উরগা
ঈখৌলাংবা চেক্লানা মুমিদাংবাইগী মতমদা
মহুম মুংদদি চংদনা—ফংগদবোই মিংমুনা
অহিং চুপ্পা তাম্নক্ত শাগল তেকথৈ পাইরুবা

নমু তাইবং অপংবনা কল্লবু উরগা
অপাম্বনা ভাওরবা, মীহোবনা হেল্লবা
নমু তাইবং শাজংনি। শি মৈরাম্বীনা মৈরিদা।

খোইজু : অবাবগী ওমখৈদা মুঙাইবগী পোলোই ূউবরা
বাহুনতা মতোকপা, স্নজিং চীংবু কারগা
লাইয়াম্বু খিনি চৎলুবা মীরা-লম্বা ওক্লবা
অহোবা পাত্রদা ঈশিং শোকপা মনিং মমাং হোত্রোং হো
অচুম্বা চৎপদনা বারবা অরানবা কাংবুনা মুংঙাইবা
অনি অসিগী বায়েল কাতি অমুক্তদি তাবিয়ু।

খোঙারেল : য়েংউ আদ উরিবা লম্বেল অনিসি করিনো ?

খোইজু : তাকাপয় চীংঙ্ খোঙারেল অচুম্বা লম্বেল কদাইনো ?

খোঙারেল : স্নথোং অনিদ উরিবা, অহাম্বদা অরংবনা থক্লবা
ম্নেংবা ওমদবা মিৎসিনা মাশং খিঙমত্রবা মুমিৎকী মঙাল।
অতোপ্পা স্নথোং অমদনা মশুম চুপ্পা লেপ্তুবা
সমুদ্রগী ঈরাওখোলগুম লাংবা নাহেবা বাবা তেংথাখোল
শজিবু মুংশিৎ অঙাওবগুম কল্লকপা, শাওবা, মীহোবা
পূন্নমক্লা থল্লবা মাইকৈ অমগী স্নথোংনি উরিবা।
মঙনা পাম্বদা নঙনা চৎচখো ননিং তম্না।

খোইজু : কদোমদা চৎলগা কাম্বনো কদোমদা চৎলগা কুম্বনো
কাবদা শক্মৌ থোংবরা কুম্বদা খুকউ চিকপরা
মপোক মপোক খুদিংদা য়াইকবনা কদোমদা

কুমজা কুমজা খুদিংদা মিংবা কায়বনা কদোমনো
করম্বা মখুলদা চংলগা অনকপা লম্বেল ফংবনো ?
করম্বা মাইকৈদ পাংলগা খুদোং চাবা লৈবনো ?
মফম অসিদা লাক্লিবা মচু থংনবগীনা ?
মফম অসিদা লাক্লিবা ঐবু ঙাওহনবনা ?
হায়নবদাই নখোয়দি তোল্ল-তারবগী মপুনি ।
হায়নবদাই নখোয়দি পূম্নমক মখোয়না শেম্বনি ।

খোঙারেল : মচু মাপ্পৈ অনিমক সনাগা য়াইঙংগা
অরংবা মাপ্পৈ অনিমক মিংশেল মচেংকা মনিগা
পূক্লিং লৈতানা মখল্লু করম্বনো লঙনা পাম্লিবা
লৈখা কুমগে হায়রগা খোঙনা থাহনা মচংলি
লৈথক কাগে হায়রগা থুংনা মাহনা মচংলি ।

খোইজু : হায়বিয়ু চীংঙু খোঙারেল তাইবং মালং পান্দদি
পোকঙমদনা পোক্লবা নমু তাইবং ওইবনা
কনাগী থৌদাবু য়াহনা তাইবং খোঙুম্নকপনো ?
শেম্বিবা মপুই য়াথংবু কনামা পুহনা চংকনি
কাওজন থিবা তাইবংনা 'ঐ' হায়বনা মাংওইন
মপুই শিন্থা পুম্বসু পাংথোকপসু ঙমজদে ।

খোঙারেল : ঐগী বাখলনা নাপলনি মখোয় বাখলনা শিন্থানি
'ঐনা' থিনি মুঙাইবা মখোয় থায়রকই অবাবা
অশাংবা তাগী মচিল অনিমক অতুম্বা ঙাক্লনি

খেন্নজরবন্থ মঙংদা অতুম্বগী অতুম্বা ঙাক্তনি ।
ঙাইবংপান্দন্থ অহুগী অহুনি সিদন্থ অহুগী অহুনি।
খোইজু: শিরবমু মাইচৌশিংনা সুঙাই তুমথুল ঙানবনি হায়
হিংববুদি নঙ্গো পোহ্নুনা অকনবা খোংথাংদা চৎলি হায়।
ঐমা করিগী অঙকপনা থল্লবা মকমসিদা য়ৌরক্লিবা
ঐবু করিগী থঙদনা ময়াম মরকসিদা পুাবরক্লিবা?
খোঙারেল: পূম্নমক্তু নঙগী বাথুলগী অপাম্বদ হংবনি
ঙাইবং মালং পানবগা চীংঙু ঐগী লমদমদা
নঙগী তৌজবগী মহৈ নঙনা ফংফম থোকপদো
মকম অসিদা ফংগনি অহুগীদমক লাক্পনি ।
থম্মুং কিকোই লৌওনবী তম্বা নিপা অসি
ফংফম থোকপা করিনো অমুক্তদদি থঙহনখো ।
[থম্মুং কিকোই লৌওনবীনা অহোংবু চিংহুনা পুশিনখি,
লাইট মুৎশি মুৎশিতমক ঙাল্লি]
খোইজু: [মম্নুংদগী লাওরকই] করিনো ঐঙোন্দা তৌরিবা অসিবু
থবাক অসি করিগীনো হিংনা শেৎকদৌরিবা
ময়ুম পাল্লবী মুপীবু মুংশিরুবগীদমক, মাদিন।
চিন ফোৎচিনগম্নু চিন কোৎচিনগম্নু ঐ ঙইদবা ঙাংলরোই
মিৎ কোৎকম্নু মিৎ কোৎকম্নু য়েংহৈদবা য়েংলরোই।
কোক চপথাইগম্নু কোক চপথাইগম্নু থলহৈদবা থল্লরোই
অয়োইমাঅয়োইমা, শিরেশিরে, শারেশারে শারেশারে
নারেনারেনারে কায়রেকায়রে মাংঙেমাংঙে লোইরেলোইরে।

লৌওনবী : [থোরকই] চীংঙ থোঙারেল তাকপিয়ু—
খোইজুমাগী থরাইদি অমুক করম তৌগনি ?
থোঙারেল : ঙাইবং মীবু ওত্তুনা লাইয়ামগবু শিংনবা
ফজরবা লাইশিংনা ওনবা শারোইঙারোই নাক্ত 'পু
করি মরাল তৌরগা করি চৈরাক ফংবগে
থঙহল্ল তম্না নিপাসিদা অমত্তবু চিথদখৈ।
থম্মুং কিকোই লৌওনবী তাইবং য়াইবী থরাই
থরাই মিরেল অমমুক লৈরবদি পুথোরকউ।
[রাম্নগুম শমদগী লৌথোক্লগা পুল্লিবা কিশি অমা থোক্নুন
লৈবাক্ত থাদবগী মঙংনি। লৌথোকপগা মৈথু মঙাল
পুম্না পাইথৎলি। সুপী (নহা ওইরিবৈ) ফিজেত্তি অঙৌবা
ঙাক্ত শেৎলি।]
ওইগী লমদাং ওইরিবী চেংলো থৈন শকহেনবী
ইমোম মদমগী মাল্লিবী তাইবংপানববু থাদোক্লম
থোঙারেল ঐগী ইকাদ থাম্নক্লিবাস থঙলত্রা ?
সুপী : [থোঙারেলবু উবদা ইঙক-ঙক্না খুরুম্মী]
চীংঙু মপোক অফবা থুয়া থাদ চংজারি
করিনো তৌরি মতৌসিবু লাইরম্লেল্লা মীরম্লেল্লা
লাইরম্লেম ওইরগনা চীঙ্গোই নগাউ শেংবিয়ু।
করি লমগীদমক্ত চীংঙু নগাই পাংলকপা
থঙজদবা ননাইনি তাকপিগনি বারোলহু।

খোঙারেল : ওইগী লমদাং ওইরিবী তাইবং মালেম পান্দগী
চীংঙু ইগাই তম্নকপদি অতৈ করি নত্তেদো
থবাই নঙগী য়াইফবী অবা কোকথোংনরিবী
অবা পোত্থানদুন লাইগী কুম্মৈ .য় থোও ।
সুপী : থঙজদবনা হায়বনি তাকপিগ'ন ননাইদা
অকোয়বদা লৈরিবা ময়াম পুম্নাসি উরগা
চীংঙু নঙগী মতিক নঙম তাকপিযুনে মনাইদা ।
খোঙারেল : তাইবং সুপী ওইবীগী মপোক্তবু পোক্লিবী
চীংঙু ওইবা ঐহাক্তি অতৈ কনা নত্তেদো
চীংঙু লৈমুং খোঙারেল । নোংমল্লবা হকচাংনা
মালেম লৈবু থাদোক্লম অশি লৈবাক্কি লমনিনে ।
সুপী : অহিংবগী লৈবাক্ত অবা পন্দোম লোম্লবা
নমু তাইবং পানবনা অশিবগী লৈবাক্ত
অবা পোন্থানদুনা সুঙাইনবু পানবরা ?
খোঙারেল : হুমাং চকশোক লাংলবা নমু তাইবং পানবনা
অবা পোত্থানবদি খোম্লেন তুমথুন তানবনি ।
পুক্লিং-বাখল-থবাইনা মঙলৈবাক্ত চংলগা
অবা-অনা থেনবা, সুঙাইরগা সুঙাইবা
খোম্লেন মিংকপ তানবগুম অশিবগী লমদস্থু
নোংমল্লবা হকচাংনা খোম্লেন মিংকপ তাল্লিদো ।
য়াইবী থবাই সু শিব থবাই মাদি মাংফদ

তাইবং মালেম পাম্বগী লাংজক্‌বা মরালগী
মতিক থোকপা লাক্লবা মথং মপোক লাংওনগী
পূক্লিং লৌশিং তানফম্বদি নৈন্নং থোঙারেল ইফমদনি।
করিগীনো নহাক্লা অকি শকফম উত্তুনা
বাথল হঙান্দুনা পূক্লিং লাংতক্লবিরা?

মুপী : মরাল হায়বহু করিনো লংজবনা কদাইদনো ?
অমত্তম্ব থঙন্নিবৈ মরাল কয়া তৌরে
কায়নথ দা থঙলকই ঐগী ইরাল হায়বহু
কোম্বথংদা হায়রকই লংজবা হায়বহু অসিনি।

থোঙারেল : হায়রু করি হংনিংই অমত্তবু চিথ্‌দবৈ।

মুপী : তাইবং মীওই মপোক্তা মুপীবু করিগী শেম্বিরি
শেম্বিবা মপু লৈরবদি মমিৎ শোয়দনা তাংলমনি।
মনা শোয়দ পংলম্নি মরোল ফাওবা থোক্লল্লোই।

থোঙারেল : করিগীনো নহাক্ল অছুক পেন্দনা বাকৎলিবা ?

মুপী : মুপী ওইবী পুন্সিবু অপাম্বা, মীহোৎবা, অথিবা,
মীৎয়েং লিশিং লিশিংনা লাঙ্গোই চন্দুনা থম্বীবা
নোক্লবা, অবাবা, মৈচাক, থাবা উল্লেন নংলিবা
লৈরাং থম্বাল মতৌনি। হায়দথিবরা হায়নিংই।
ফজবা পি মুপীদা— মশানদি লৌজহৌদে
মুঙাইবা পি মুপীদা— মশানদি ফংজহৌদে
লৈহি পি লৈরাংদা মশান থকপা ঙমজদে।
লৈরাং লৈশাং তমজবা লৈথোক লোইহল্লি মালংবনা।

খোঙারেল : ওক্লে, তারে, খঙলে— নুপী ওইবী হায়বসিদি
তাইবং পানবা শেম্বগী মমা ওইবী ওইবনি ।
খোগংলবা তুরেলনা মশাগী ঈথৌলাং কোকঙমদ
মীওইবা পুম্বে ঈথৌলাংবা কোকহন্বদি ঙম্মীদো ।
মনা পুংবা পামেলনা মশাগী উরুম ফংজদ
মীওইবা পূম্বে পোত্থানফম পালেম মানা ওইবগুম
নুপী ওইবীগী পুক্নিংসু ফজবা, নুঙাইবা, নুংশিবা
পূম্নমক তারগা শেম্লিবা তেংবানবগী য়াইফনবনি ।

নুপী : নুপী ওইবীগী পুন্সিদি নুপী লাইনা শেম্লোই
নুপা লাইনা শেম্বনি অহুননি হাংবা
তেংব হ্বদা নুপীনা মীনোক মীশা কয়া লাং
অবা পোৎলুম কয়া থোং, নুঙাই মচেৎ তমদবা ।
ময়াম নৈবা তারসু ঙাকপিফমদি থোকইদো ।

খোঙারেল : লৌশিং নৈবী নুপীনি মালেম অসিদ নৈরিবা
অচৎ-চত্ত পূম্বগী খোঙচৎ তাক্না থংলিবী ।
মমা ওইবী নুপীনি পৃথ্বী পূম্বা অসিদা
অনৌবা 'য়েন' পিবিহুনা তাইবং থবাইবু য়োক্লিবী ।
থাংবা কান্দনা নুপীনা উনথাক য়াওল্লবা থম্বালগুম
কালেন নৈকম শিংনবা নৈবাক্লেগী শাজংনি ।

নুপী : তাকপিয়ু অসিমগা সতী ওইবীগী লোন্নচত্তা
মপুরোইবা নিংবসু অমনি, লুক্না শিংদ চহেলৌবী

তাইবংদ খোঙ্গুল লৈত্রবী মুপী ওইবী অমনা
কনাবু নি জহুনা কন'বু সেবা ফ গান ।

খোজারেল : অপাম্বগী ঈকৌদি চকু চৌবোনগুম পাথরকই
য়েঁশিন্বা কনা হুম্মুদে শামু ময়া শিন্দোরকপগুম
মুংশি ঈহৌন' হেক্লক্রব লৈদ' লৈহেন্বী লৈনমু
মালংবগী খোইনশিন্নি হায়াসিরা মালেমদা লৈনম য়েল্লিবা
মিভাজবা খোইমুগ লৈশাং তম্বী লৈরাংগা
মিংকুপ অমত্তুং থেংনবা কনাদ মরাল থংজিন্নি ?
থাক্লমখৈ ঈখৌলাংব কোক্তব , খোইমু মাগী মচংনি
পিরিমখৈ লৈহিবু পেল্লাইদব , লৈরাং মাগী মচংনি ।
কান্নত্রবা চৈস্তনা হুন্দোক্লম য়াংদো লমতুপ অমদা
অনৌবা চৈত্ত নৌনা শিন পুন্সি লমথুং য়োনবা
করিবু কায়বা লৈবগে পাখ্বেনি পুন্সি লমথুংগী ।

মুপী : চংনবীনা মুপীবু পুনশিন্নি শঙ্গোলদা লোইবা শলবীগুম
শগোলগুম মুপীবু চেলহন্নী চুন্নীগা শাজৈগা মুপানা ওই
ওয়াং ওসি হয়েং পুম্না উবিবা ওমীবা
তাইবং শেম্বিব' মপুনা মালেমদ অমুক থাবিগনু
লৈয়বদি নরক হায়বদু লৈজগে মতুদ পুন্সিচুপ্পা
নত্রগন মীরা-লম্বা ওন্দুনা পাইগগে কোকপাই পাই
লৈজরোই মালেমদা মুপীবু মীরাইমা থবা ।

থোঙাযেল : লাইনা হায়া শেম্নদি সুপাবু হায়া শেম্বনি
সুপানা পানবা য়াদৈ্ভ সুপীবু অমুক থায়র্বনি
সুপা-সুপী অনিনা তাইবং পানবা ওইবনি ।
থমুং কিকোই লৌওনবী তাবিত্রা নহাকপু
সুপী ওইবী অসিবু খুৎশয়হনা পুবিথো ।
[থমুং কিকোই লৌওনবীনা সুপীবু খুৎশয়হনা
পুশিনথি মৈ মুৎশি-মুৎশি তৌরকই]।
[মনুংদগী লাওরকই]
ঐ চাজযোই ঐ চাজয়োই— করিগীনো ঈপুয়োইবু হাংলগা
মাগী শত্নম মচেৎ— ঈগিং নাইহিং তৈবনু ইল্লিবা
ঐ ওনিংঙে ঐ ওনিংঙে ; ঐ য়েংজযোই ঐ য়েংজয়োই
ইমাংমক্তদা ইচাবু ইতম্বাক্তগী মুল্লগা মক্রাং শেপাইবা
অহুক নৌরিবা অঙাংহুবু মৈরুংদা হুজিবা
ঐ হুজিক্তি কারুম-কারুম তৌবা ঐগী ইচা ঐ কিয়ে ঐ কি
মাবু পোব' ঙমোই ঐ পাবা ঙমোই ঐচমজযোই ঐ চমজয়োই
[চেপ্পোয়ক্লুমা]
শিঞ্জসম্ব ঐগী ইপুয়োইব ইচা সুংশিব ত্তম্দোকয়ে ।
কনাগম্ভ মরি লৈনত্রে হুংশিব' পূম্নমক মাংয়ে ।
ঐ ইথমন্ত ভাইয়ে, ঐ ইথমন্ত হিংলগে ।
চৎয়ে চৎলে', ইনাক্ত চ'লক্কু ঐ য়ায়া কি, ঐ কি'ন
অঙাংগী নাওকম মনা-মনা মরি মরি হজোইবা পোং

ভাংশং ভাংবা তুকচববু অহুক পাম্না চারিবা
মঙবু করি লাইনো চাবা কংদবা লাইরো।
কিংচাবা কোংচাবা মীঙাবা নমাইনা হংকোক মানবা
মীগী মথিবোং মরিল ভা শং ভাংবহু করিগী শিরি?
তুকচৈ তুকচৈ ঐ তুকচৈ ঐ মিংসে উইশিঙঙগে
ঐ করিমত্তা ভাংজররোই করিমত্তা রেংজররোই। [.চনখিব]

খোডারেল: খমুং কিকোই লৌওনবী ভারিত্রা নহাকপু
করম্বা য়াইবী থরাই লৈহৌরি পুখোয়কউ ভম্নমক।
[হায়গুম লৌওনবী হাওশমদগী ফি অঙৌবনা য়াম্বা
মরোম অনিমক পুখোয়কই। চৌংভ খোডারেলগী
মমাংদা খোকই—হায়গুম্না মৈথু মঙালগা লোয়ননা
অমুত্তং খংভাল ভাম্নমগা অহল অমস্তুং হাংহোগী
শক্তম ওইনা খোয়কই অঙৌবা কিজেং ভাক্তনি]।

অনিমক: গুরুমরুরি নকাদ, চৌংভ খোডারেল লাইমিংথৌ।

খোডারেল: গাহেযু নমু ভাইবংপান ভসি কোরৌ নোংসিদা
চীংভ ইগাই তম্নকপা য়াইবী নথরাই ওইবনা
নমু তাইবং মপোকি তাইবং মপোক ওইবদি
মপোক লোইরে খন্দুনা হল্লক্লবনি নিংবরা?

অহল: অওনবা চাকাগী পুন্সিনি অহুমক ওন্দুনা লৈখিনি
অপেৎপা পুন্সিগী লমশাংদা পুন্সি লিক্রম কয়া শেম
লোইব নাইদ চৎখিনি 'অভাং' 'অহল' ওম্ন-ওন।

বাংহো : তাইবং কুম্মৈ লোইনাইদবা, পুন্সিগী মতাংদা য়েংলা
অকুপ্পা নোংলিক শিংছুদ মচু মচু থোকহনবগুম
লাওয়িংথোগী লিংথিরব, মপু মাগী খুৎশেমনা
তাইবং মীওই মপোক্কি লোইদাইনা লৌথোন।

খোম্ভারেল : নমু তাইবং ওইবনা লাইগী মপোক ওইননবা
মংগী মাগী মচংক মতু ইন্না মশেমখি।

অহল : খুংশিবগী থোয়চাক থুরবা নমু তাইবং ওইবনা
অপাম খুংশি পুম্না থি ককচাওননা থাম্বা
তাইবং থোনা লোইরমদাই চৌংভু মাবু থাংগাঞ্জ
চৌংভু নগাই তম্নকপা তাইবং পান্দ খাদম্মু।

বাংহো : মপোক লাংওন করাদ থম্মোই কায়বা কয়ান।
খুংশি থৈচাক ওন্ন-থাইকপ লাওনা লেইরবা
মীকপথোলনা থম্লবা তাইবং পানবা ইছুদ
করি খুংগী থাবিবা তজারবোই কার নোং।

খোম্ভারেল : লাংওন মপোক অথোইবা চৌংভু ওমদাইনগদবা
নমু পোং ওইবনা শেম্বীবা মপু মাথং ইন
শিল্পা পিনা থাবনি। শিল্পম শুনা পাংঙকই।
মালেম থে ঙুম্বুদুনা মপুহ শিল্পা পাংনবা
খোইম্মুম মানা থাবনি অতৈ করি নত্তুদো।

অহল : নমু তাইবং ওইবদি থোম্মেন মিৎকপ তানবনি
বাথুল, হকচাং চেংকরবা, অবাবনা থল্লবা
মীওই মপোক অসিবু করিহুংগী শেম্বিবা।

ঁবাংহো : থাংবৈ পাঙ্গল লোইরবা মুঙাইবৈ ঙমথৈ থারবা
চৈফু চৈথেং চৈজানবা নমু ভাইবং ওইবনা
ভাইবং থোবু থাগে নিং মুংশিরবা থবাইবু
কান্নরবা হকচাংনা থাদোক্কদব, মরৈরবদা
লমথাংদ মাংহনৈঙ মীরা-লম্বা ওইবাশং
চীংঙু নঙগী নগাইদা কাংগুম্বা লৈরবদি
মীংযেং 'মুক্ত ভাজগে :থোঙানবিয়ু নমাইদা।

অহল : মীরা লম্বা ওইরিবা ভাইবং কুম্মৈ মুঙাইবা
চাথুং লৌবা হৈতবা অরা নম্বোনখিবা
ভাইবং মীওই কাংবুনা কদাইদবু লৈরিবা।

বা হো : লৈহি লৈনম লৈমুংশি থোইনা ক্লেনুবা মমুংশি
পূক্লিং মুংঙল মকালাম, মচা-মশু মুংশিবা
মুংশি মৈনা বাইদবা অপাম ভাংনু শমদবা
থোইরুম মোমোন্নবা লম চীংঙু থোদা পাংজবা
লমথৈ 'ছু লৈরবদি লৈজগেনে লমদমছুদা।

থোঙারেল : ঈশৈগীনা মুংশিরবা স্তুয়, ফজবৈনা থৈরবা
মুঙাইবগীনা লোয়বা, বাথুলগীনা থোরবা
লমথৈ :পূন্নমক্তৈ থোইরবা থোইন হেম্ন থাগৎনবা
লমদমছুদ লৈরিব' থোইরা থোইহি চুপ্লিবা
মীওই কোল্লুপ অচুনা কুম্বী-কালেন নাইদনা
অমম-অঙান লৈত্তনা, শাংলি লৈরি লমদমদো।

বাংহো : করি করম তৌরগা অবাববু লৈতবা
করি করম তৌরগা অপাম্ববু থারবা
থম্মোই থাম্বী মৈহৌ থাম যেক্লববু থমদবা
মশা মরেংদ কোয়রুদ কাম্নদববু তৌদবা
মপুই শিন্থাবু কাওদ লম, লম 'দুবু তাকপিয়ু।

থোঙারেল : তাইবং মীবু ওত্তনা লাইয়ামবু শিংনবা
ফজ্র লাইশিংনা শায়োন্নবা শারোই ঙারোই কাংবুনা
মীওইবৈ য়াইফনবা কয়াদ অচুম্বা লম্বী নাথৈন
অথাবনা অথুম্বা শা, অথিবনা ফজবা শেম
অবাবনা মুঙাই শা, য়েক্লবনা মুংশিবা শা
তাইবং মপোক অথোইববু লান্না লমজিং লমতাক্লিবা
মথোয়গী লৈফম অহুম্ভ ঐনা য়েংহনথিগনি।

অহল : য়েংহনবিয়ু ঐথোয়বু মিৎ অনি পেন্না
তাইবং পানবগী মুঙাইববু মিৎকুপ অমত্ত শাবরা
তাইবং পানবগী অবাবনা য়ুথক কয়া ওইবরা ?

থোঙারেল : মঙালগুম য়াংবা মুঙাইবনি, চৌংগুম লুম্বা অবাবনি
মহুনি ওন্নব। চাং অবা মুঙাই তাইবং পানগী।
য়েংথিবা, অশাওবা, কল্লকপা, লৈ পুন্না মথোয়দা
হঙোই বোরোরিগী ফুরিগুম মীওইবা বাথলদা নান্দনা।
তিংথং তুম্বো, মৈশাগা, মৈগী চৌংগী মৈশাগা
শাফু কনবা নোংজুগা চরাংনবা নোংথোংগা

মতমচুপ্পা নিংদোল চোংবা মফমচুদ পুবিনি।
মুংশিবা,মুভাইবা, হরাওবা, তেংবানবগী ফজবা থিবিক্লা
শেম্লব মচুনা থম্লবা লৈহিদা য়াওল্লবা মফম
মেংলবা মঙাল্লা য়োমশিল্লবা মুংশিরবা তাম্থাগা লোয়নবা
পুম্না লৈবা মফমচুনি, মীওই পোক্লা তাম্লরিবা।

অনিমক: চীংঙু নঙগী থোজালনা শেম্বা মপুগী মীথৈবু
মতম চুপ্প শক-শোঙ্গব, লাইনিং-লাইশোন কাওজদবা
মপোক থিবা ঐথোয়দা থোজানবিয়ু নিংজববু।

খোঙারেল: মপোক লাংওন অমদা তানশিনহৌবা লৌশিংনা
শেম্বিবা মপুবু কাওফদে ভাইনবদা রারবা
অকিবনা লাঙ্গোই চন, অবাবনা পলোম্লবা
থম্মোইনদি তাক্লক্লবা, অপাম্বনা মীকানবা
অশাওবনা মাংওইনবা মীমুংশিনা পুল্লবা
পূম্নমকপু থাদোক্লগা থাংলকউ নঙগী থোঙথাং
মপুই মগাই তম্লবা নমু থরাই ওইবনা
ভাইরমগনি লাইরম্লেনগী মুংশি থরাই থোঙান্দ
লৈরাং পরেং পাইচুনা থরাই মাবু চুক্লনি।
থরাইরেলদা তিল্লগা লাইগী কুমৈ য়াওরনি।

অনিমক: অমা থাদোকপা রারবা, পূম্নমক্লা তিল্লবা
ননাই ঐথোয়গী লম্বীদি লমথুংফমসু উজদ্রি
চীংদোল কাবা লম্বেলগী চীংথোং তাবা লম্বীবু
য়োবা ওম্বা ওমদবা চীংঙু নঙগী থোজালনি।

থোঙারেল : মালেম লৈকোইবু না লেপ্পা কৌবা মরৈতে
তাইবং লৈশেম্লকপদগী অহুমক লেপ্পা মরৈতে
শিংথ্রিবা খমগোন মালংবা লেপ্পা কৌবা মরৈতে
লৈনম য়েন্না মশিংলি লমথৈ য়োদ মরৈতে
মীওই 'ওইনা পোক্লক্লবদি ৱাথল মাস্থ মরেপ্তু
অমম-অঙান খাইবগুম অফ-ফত্ত মরেপ্তু
অঙাং নৱা ওইবনা চুমথাং মখোং বিরুব
মুমিং ময়ুম চংল্লগা অকাও পরৈ কিশি কি
নোঙাম্লবদা কাওখিব কাওকদে নখোয়না
লেপ্পা লৈতনা বিরকউ ৱাথল লৌশিং থাজ্না ।
অনিমক : চীংঙু নঙগী নশাইকোল অফ-ফত্ত পুন্নমক
নোঙ্গা লম্বী, লৈথা লম্বী ভয়া শুনা য়েংহনবিরো
চীংঙু য়াথং পাংজবা, মতম চুপ্পা ঙমজগে ।
থোঙারেল : থম্মুং কিকোই লৌওনবী মখোয় মঙাগী থৱাইদ
[লৌওনবী থোরক্ত না থুরুম্মী]
মীৱম্লেন্দা থাজ্না মপুই চৈরাক চৈথেংগী
ৱারক চৈথেং অহকপা মান ভোরকপা মরালগী
মান মাম ফংজব তাইবং পান্দা ভম্মুনবা
অমুক হন্না থাবিথো, তাইবং শিংচৎ লোইস্রিদো ।
[অকনবা নোংলৈ-মুংশিং ভমা কন্না শিচিল্লকই অথাক-অৱাওগ
লোয়ননা অমুক্তং থংঙান ঙাল্লম্মী পুমম মমশিনথি ।]

**লাইট ওফ**

# মরিস্সুবা মতাং

মতম— মম্মম্বদগী মুমিং মঙাল উরকফাও।

মফম: ষ্টেজগী মনিং ইথং থংবদ হাম্নগী লাইমাংদা অশিবগুম বান্থহন লৈরিব মীওইশিং অহূদ 'থম্মুং কিকোই লোওনবীনা অমুক হল্লক্কুনা হাওশমদগী মনা য়োম্লগা পুথিবা থবাইশিং অহু অমুক লোথেক্কুনা নোনা থবাই হাপ্পগী মওংদ জগোইনা লৈশেম্বগী, লৈ শাংকায়হনবগী মওং, মুমিত্তা থুরুমহনা থবাই নিবগী মওংদা হকচাংগী শাথেক থর-থর পি। মুংশি মুংশি ঙানবা মৈঙাম্নি।

খোঞ্জেল: মৈ, ঈশিং, মুংশিং, অতিয়া, লৈবাক

মখোয় মঙামা পুম্না শেম্বা

দোলাইগী শাদোংবু ওইরিবা

হে থবাই মঙামক

মি থাগা তরুকমক

তাইবং হকচাং মুংহূদ

হিরি কোন্বগুম লৈবিরো।

মসি হায়রিবৈ তাল্লক অসিদা অশিবগুম লৈরিবা হকচাং অহূদ থম্মুং কিকোই লোওনবীনা থবাই হেক হেক হাপ্পা থুদিং লাইট অমুমুক ঙাল্লকই। মখোয় থুদিংমক মুঙাইনা তুম্ন্নবদগী মিংকপ থোরকপগুম তিংলি য়াংলিরকই।

অহল : মঙালগুম য়াংবা মুঙাইবা চীংগুম লুশা অবাবা
মহুনি ওমবা চাং অবা-মুঙাই তাইবং পানগী।

বাংহো : মেংলবা মঙাম্না য়োমশিল্লবা মুংশিরবা তাম্থাগা লোয়নবা
পুম্না লৈবা মফমহুনি মীওই' পোক্না তাম্নরিবা।

অহল : মঙালগুম য়াংবা মুঙাইবা
কদাইদা থিরুনি ঐখোয়না মসিবু অমুক ফংনবা
মুঙাইববু ফংনবা মীওই মপোক্না তাল্লগা
মঙালগুম্না প্যাইথিবগুম-করমতৌনা ফাজিন্নি?

বাংহো : মেংলবা মঙাম্না য়োমশিম্বা, মুংশিবা তাম্থাগা লোয়নবা
মসিনা কদাইদা থিরুনি তাইবং পানবা অসিদ
লাকও চৎপ্রসি, মসিনা কদাইদা থিরুগবা
হিংলিবা পুন্সিগী মমুংদরা নত্রগা করি লমদনো
ঐখোয়না চত্তুনা থিগদবা মফম 'হুবু কদাইদ?

অহল : মঙালগুম য়াংবা মুঙাইবা চীংগুম লুম্বা অবাবা
মুঙাইবা মিৎকুপ অমা শাংলবা চহি চাদ
মথুম্ন ফংবা ফংদবা চৎলসি, তাল্লুসি, থিরুসি।
[ভনিমক থোকখিবা

অহোং : [মিৎকপ থোরকপগুম তিংলি য়াংলিহুনা]
কনানোমনা ঐগী নাংকোংদা তুমন্না চিরোলবগুম
"স্বর্গ য়োবা লম্মেলফাও সনাগী কৈরাক থাবনি
কাগে থন্দে নখোয়দি শামহুনতা লৈখোকই।"

অওইবমক থারমগদ্রা সনাগী কৈরাক হায়বত্তুবু
মংদা মঙ্গা তানবা তাইবংদনা থৌ নাইদবা
মুভাই হায়নৈ স্বর্গসি বারী লাইরিক কয়াদা
মসিনা অচুম্বা ওইরবদি অমুক্তংদি কানিংই ।

খোইজ : [মিৎকপ থোকপগুম]

করিনো ঐবু হুজিক্ত মংলা তাইবলা খঙদে
অঙকপা অকিবা থল্লবা পুন্সিদা উদবা ঙাক্ত
'ঐন।' থিনি মুভাইবা মথোয় থায়রকই অবাবা
অশাংবা তাগী মচিল অনিমক অতুম্বা ঙাক্তনি ।
ঐগী মুভাইনবগীদমক্ত মীওই পূন্নমক্না বাই
ঐঙোন্দবু কনানা অবাবা পিবা ঙম্বগে
কমদোনা মুভাইবা থিবদা অবাববু পিরিবা
য়ানিংদবা বানিদা, ওইদবগী মঙলাম্নি ।
অশাংবা তাগী মচিল অনিমক অতুম্বা ঙাক্তনি
অশাংবা তাসিনা করিনো অতুম্বসিনা করিনো !

মুপী : [মীৎকপ থোরকই] ইস : ওস্তোকপা মঙনিদ
মীসু অসুম্না মঙনরমগদ্রা করিনো ঐবু থঙদ্রেদ ।
(শোঞ্জবা) কান্নদ্রবা চৈশু হুন্দোক্লম য়াংদৌ লমতুপ অমদা
অনৌবা চৈশু নৌনা শিন পুন্সি, লমথুং য়োনবা
ঐদি ওস্তোক্ল শাওরুরে ঈশ্বরবুসু শিংনরুরে
ইপাং থিবা ঐহাক্লি নাইতোম তাবা পোম্বীনি ।

সুপী : চৎনবীনা চিংথকরবা কান্নত্রবনা কোন্নশিল্লুরবা
পল্লোন কয়া কোয়শিনবা সুপী ওইবী পুন্সিনা
মপাল মরু ইকোক কোক ভাংজফবা লৈতবা
য়েন্নিং থাবু লাকপদা হয়াও তয়াম ওকচরি ।

খোইজ : ঐবু সুঙাইনবগীদমক্ত মীওইবনা বারবা ?

সুপী : অপাম্বগী মঙালদ মঙফাওনিংবা তাইবংপান
মাংলমচৎকি বাথলনা চিংথকরবা পূক্লিংসে
নোংজু থাবু লাকপদা ঈচেলনা ঈরাওখোল ঈরোইনুবগুম
ঈথক ঈপোম ঈকায়ক্লে সুংশিবগী বাথলদা ।

খোইজ : চৎনবীনা সুঙাইববু থাজিনবা ঙমদে কৈদৌসুংদ
সুঙাইবনদি চৎনবীবু নমথেক্তুনা অতুম মচৎথি ।
কোমশিন্বা ঙমলিত্রা সুংশিবা হায়বা অতুনা
লাইরবা, ইনাকখুনবা, অবাবা, সুঙাইতবা, পূম্ববু ?

সুপী : থাজদে সুংশিবনা মথোয়বু নমথাক তৌরম্বনি ।

অহোং : [অমুক বাখল তৌরকই] ঐ লোইনা তারে
নখোয়মা কৈদৌঙৈদসু থিরয়োই সনাগী কৈন্নাক থাফম
স্বর্গগী লম্বেল য়োনবা ঐদনা অতুম মথিরি ।
অতুগা সুপা নঙসু মসিদমদি তাশিল্লু
মিরাংদা থুরবা তিলনা হিংনা অমুক থোরক্লোই ।
নঙসু শোয়ত্রবনি মিরাংদা থুরবা তিলগা অমত্তনি ।

সুপী :   অপংবা, নঙদি পাংদবনি, করিস্থু পাংদবা
নয়া য়্যাওত্রবনি, অকনবা ওইনম্বা কয়াবু শায়নবা।

অহোং : লাল মমাংদা থাইনচৈদা ফজরম্বদো
অচল ওইশিল্লরুবনি থিবে, মীনস্থু লাইনস্থু পামজ্রে।

সুপী :   কাম্বদে, বারেন ভাংহূনা তুমিন লৈয়ু।

অহোং : মরুপ ভাবিয়ু
ঐস্থু সুপীবু য়াম্না থাজরুই, লেনশুম লেংদবনি খন
অপাম হু শি কল্লক মীহৌবগী মৈশা লাংবদা
ঈশিং ওন্দুনা মাংখিবশুম ঐ করি থোকএ।
ঐগী হৃজিক কনা লৈরি? হুংশিরুই ঐনা
হুংশিরকই মাস্থু অহুবু পূম্নমক লোইনা চংঙ্রে।
হুংশিবস্থু নিশামি, নিশাস্থু নিশানি, ঐস্থু চাখি
নিশামা মুত্তাইনবা পুক্নিবু, পুক্নিনস্থু নিশাবু পামলি।
ঐদি সনাগী কৈরাক খিরুনি স্বর্গ কাননবা
নখোয়দি খোঁশাখো অতুম্বা তাজিন পাইহূনা।

[ভাওহূনা থোকখি]

খোইজু : তাইবংপানসিদ ঐখোয়মুক মুত্তাইবা লৈরমখিগত্রা?
হায়য়ু সুপী, নহাক্তি করিমত্তা মুত্তাইত্রা?

সুপী :   ঐহাক হায়রুম খঙদে—

খোইজু : চুম্মী মুত্তাইবসি পল্লেফম লৈতে
থাক থাক মথং মথং থম্বা লৈতনা কাখংলি।

মুপী : ফুৰিং ফিৰোল অনৌবা কোংহুনা
বাথল অনৌবা হোংবসি খম্মোইদা মুন্ডাইবা ফাওই।
খম্মোইদা মুন্ডাইবা ফাওবাস পুন্সি শাংগদবা মাল্লি।

খোইজু : অনৌবগী মুন্ডাইব, অৱিবগী কান্নবা
অনিমক লৈবমি পোকপা শিবদা।

মুপী : কান্নব্ৰবা চৈশুবু হুন্দে কলম অনৌবা চৈশুবু নৌন শিন
কান্নব্ৰবা চৈশু [খনবা] অনৌবা চৈশু
মুপীদি তাংজবীনি, মুপাগী মতেং লৌবনি।

খোইজু : ঐগী মুন্ডাইবগীদমক মীওই পুন্নমক্লা বারবা
মীগী মুন্ডাইনবগীদমক ঐদি বাবা ভমবরা ?

মুপী : কৱিগীদি ভমদনি, নঙবু খঞ্জবনা নঙগীদমক বাজবা
ঐবু খনবিবা খোল্লবদি নঙশু শোয়দনা য়াওগনি।

খোইজু : মীগী নাপল পুন্নমক চহি য়াম্লগা ষল্লকই
তামগ্রমাল্লে লেকোন্দো লৈনম পুম্বা লৈহৌরে।

মুপী : অনৌবা লৈশাং তম্লগা অনৌবা লৈনম লাক্কনি।
কৱি পুংগী বারিবা চত্তুম চংসি খেংল্লে।

[অনিমক খোকথি

অহোং : [ভাওহুনা চংলকই]
থিকই কাগে লায়হুনা সনাগী কৈরাক স্বৰ্গগী
ফংলক্লে কদাইদা লৈরিবা ? অহুবু মাদি কাল্লে
শার পন্দোল লোমল্লগা শরি ভাকপা ভনদবা

মতিক মপা চাদনা অৱা পোৎলুম থোঙ্গৎপা
ওকচাও লুজাও তেক্তনা হেদো নাহে চনবদা
করিবুদি লৈহৌরি লাইথুং লাইমন নত্তনা।

অহল: [চংলকই] করিনো চোয়রোলত ওাংলিবা
পুন্সিগী অনৌবা মহাও কয়া য়ায়া তংলবগে ?

অহোং: অনৌবা মহাওদি ইচম-চম্বা ওইরয়ে
থম্মোইদা মমি তাহোই মানা ঐবু নিংশিংবগী
মপু নিংবা হুইগুম মানা ঐবুদি মিংজবা
ঐনা মাবুদি থারবা, পুন্সি ত্তোথায় তারবা।
অা মুওাইতেদ থম্মোইচস নিংবা কায়রবনি থন
মাগী পুন্সিনা থাদোক্লিংই হিংবা হায়বা বাথলদগী
ঐগী পুন্সিনা কোনশিল্লুই তিংমিন্নসি থন্দুনা
নিংজবগী মহৈনা কল্লিদো থাদোকে হায়বা বাথলদগী।

অহল: শেম্বিবা মপুগী মফমদা বাকৎফমদি নত্তেদো
মুওাইববু থিরুডৈ তুংগী খোওফম চেৎহৌদে
কাওরে নশানা নশাবু করিগীদমক্ত লাক্লিবা।

অহোং: থিরিবনি ঐগাকস্থ স্বর্গ কানবা লম্বেল
লাপ্পা লৈবা নত্তেদো সনাগী কৈরাক হায়বদো।

অহল: শকমায়বা উরগা মায়বা বারী নিংশিংবগুম
মায়বা থোদোকশিংহুনা থম্মোই তেংবানহৌবা
ম'-নওত নত্তনা অতাবা অউবনা শোয়হৌই।

অহল : পংলগনু পূক্লিং শাওরগনু থম্মোই
পুন্সিগী সুমিদাংবাই য়োরক্লবা মহুম তম্না পাইরক্লবা
পোম্বী চেক্লা মতৌগুম শেম্বিবা মপুবু কাওকদে।
খৌ পূন্নমক থারবা বাখল পূন্নমক থন্রবা
খোঙদ খুয়ৌ থাংগ্রবা তাইবং মীওই পান্বদা
চংজকমবু খিনৈদো সুঙাইগদবা য়েংহৌনা
মতম নৈরে চংজবৌ শেম্বীবা মাগী খুন্নাদ

য়াংষো : [চংলকই] কাওখোকই অঙাংনা শান্নবদা
মপুই শিস্থা পূম্ববু পাঙল খোইগে লাক্লৈ
পজেং কিরাল মুন্নবা শাদো থোংনা হন্দোক্লে
কনাগীনো ঐখোয়না পরাইবু পোম্থা ওইরবা ?
কনাগীনো ঐখোয়না হিংহৌনা চারিবা মতমসে
পূন্নমক্লা কাওদ্রে কান্নদবনা থমদ্রে
শুমহৎয়াইনা কুপদ্রে নিংশিংবদি ঙম্নদ্রে।

অহোং : নোংমগীসু হুমিদাংবাই পুন্সিগীসু সুমিদাংবাই
চেক্লানা মহুম পাংলকপা ঐখোয়না মাবু নিংশিংজবা
তাঙা অহু য়োরক্লে মপুই মিখৈ শান্নসি
অবা পূম্বা কোক্লবা সুঙাই ময়োল চোংনবা।

অহল : নৈরাং নৈমন্না তাকপরা নৈহি মহাও অথুবা
মপায়োংগী কিজেৎনা থম্মোই মশক লেপ্লবা।

অহোং : ও। ঐহাক জ্ঞান লাক্লে, মুঙাইরে
স্নাগী কৈরাক ফংলনি স্বর্গ কাবা ওয়নি।
বাংহো : কদাইদা স্নাগী কৈরাক থাবরা, কমদৌনা কাগনি।
অহোং : অরানববু তৌরিগৈ অচুম্ববু খঙত্রিগৈ
অনিসিগী লমদাইবুংদা পাংদিংননা লৈরিগৈ
কদোমদবু থাংলগা খোঙচংসগী খোঙফমাস
য়াইফববু ওইগদগে থন্দুনা লম্মুক্লরিগৈ
মতম কয়া হৌখিত্নুনা পুন্সি মীয়াই হেনখরে।
লৌশিং লাক্লে হুাঙ্কক্তৌ চৎকদগে কদোমদা
য়াইফনবা মীওইবগী অচুম্ববু চৎলবা
স্নাগী কৈরাক থারম্নি স্বর্গ য়োবা ওয়নি। [চেনখিবা]
বাংহো : চাউবা হেনবা ওমদবা পাম্বৌ মচা মচানা
লাংজু থাবু লাক্লগ চাউদম শাংদম ফজগুম
মৈদা চৎবা সনানা মশক মচু খোকপগুম
বাখল লৌশিং খোকথরে খোজান'বরে লাইরিংথৌনা
ওইসমু মাসু লমজিংবা মৈরা পাইত্নুনা চোল্লবা
অমম্বা লম্বেল চৎপগী লময়ানবদি ওইসমু।
মুগী : [চংলকই] পূম্নমক লোইনা মাংখ্রে লৈজরম্বা পুম্বমু মুনখ্রে।
পূক্লিংদগী, হকচাংদগী, লন্দগী, কান্নবা মচি লোইখ্রে।
থাজত্নুনা থমু্বা থামাংনরে থাদোকখ্রে
থাপ থাপ্প থাদোক্ল থয়াইননা থনম্নে
ঐবু হরাল লৈবরা থুনাইসদা লানবরা।
নখোয় লোইনা তাহৌও ঐবু ইরাল লৈবরা ?
অহল : নশানা লোৎচবা নরাল, নরাল কয়া লৈরম্নি
নরালছুদি লাইনা খংগন নত ভাইবংপান্দ মীনম্নকাও

অমম অঙাম খায়রিবা লোংদম্বা হায়বা অহুনা ।

সুপী : মঙ্গুং মতম চাদনা ঈপুরোইবা মুনবিগ্নে
য়েংকম খঙদ উরিগুম তাংজ কংদ লৈরক্লে ।
অনৌবা আশাগা লোয়ননা ঈপুরোইবা অমা কংজরে
অথিবা মিংচৎ চৎগ্নে নোকুবস্থ তোকখরে ।
থাজকুবদৈ থাগোম্নরম্বা থম্বীরম্নে থাদোক্কনা
তাইবং লময়াই অমদা মপাং কদা য়াওদনা
খোইমুগুম্বা সুপ্যানি অনৌ কায়রদাং হোংথরে ।
ঐবু করিনি হায়বগে অমুক্তদি তাকপিয়ু
লাইগী মথৈ কংলগা করাওবনি হায়রদি
মীগী মথৈ কংলবা ঐদি ইদোম কপনিংই ।[সুভাইতনা লুকথি]

বাংহো : থুরুমজরি ইমা শায়োন কয়া পুরিবী
বায়েল থৌদা ঙমজদে নঙগী পূক্লিং বাথলদা ।
চৎলগনি ঐহাক্তি নথোয় মরাম থাদোক্রম
পূক্লিংনা পামজবা পাগী পূগী পরিং পথাপ
খোঙ্গুল খোঙকাপ খোঙগাওনদ খোঙ্গুলতুবু লিরুনবা ।
[থাকথিবা]

অহল : অঙম্বা অমম্বা লোক্তা নঙবু থিরকথিনি ঐখোয়না
চৎকনি হম্বা লৈতবা মশেক মঙালবু তুংইন্নবা । [ইন্নথিবা]
মাংগ্লবা মাংলমচৎকি মল্লকনি ময়ামতুদগী
থরদং ওইরবস্থু থজিক থংতৌনবা ।

## মঙাস্নুবা মতাং

মফম—থবক শুকম ৰা।    মতম—কালেনগী স্নুমিদাংৰাই।

অহল : [হুমাং তৈথোক্ল] হুজিকপু ঐথোয় করি লৈহৌরিবগে।

অহোং : য়াম্না লৈহৌরি, য়াম্না লেমহৌরি, য়াম্না থাকই
অদুগা ঐথোয়গী করিস্নু লৈত্রে।
মন্নে, পূমহাং হাংলে শঙ্গাই য়ুমজাও হাংলে
লৈরাং অতিংঙা তারে অতিংকোকনি ওয়মক
হুজিক লৈহৌরিবা হায়ববু অনিহুত ঙাইহৌরে
অমনা স্বর্গনি অমনা নোংয়োক্লি।

নূপী : [হান্নগী শকফমছুনি]
[নোক্লহুনা] মচু মচুগী ফি য়াম্না য়োমশিন্দুনা শেম্ব, লাইথিবী
অঙাংনা পূমশে শেগাইরে, মচেৎ-মচেৎ তাহন্নে
লাইথিবী মান্দ্রে চুম্নগী ফিজেৎ ফিয়াং ওইহন্নে
নোক্লিংল্লা লাইথিবী উবদা ফদি মচেৎ-মরাংগী।

অহোং : স্নুঙাইরে ঐদি য়াম্না কান্নরে
হান্না থঙই ঐদি পূম্নমক করিস্নু নত্তে
অকাইবা লিক্লি মচেত্তা য়ৈবা থঙোরকপা মঙাল্লবা
পূম্নমক ইথক থক্কুনা মতম কয়াম মাংহন্নে?

অহল : [মুঙাইতনা] পম্মুইদকো লমজিংবা ঐখোয়দি হুন্দোকপিরম্লে
মমল য়াম্বা রাথল-লৌশিং পিবা ঙম্বা
কদোমদনো ঐখোয়গী মাইওন, অতেনবা লম্বী লমথুংফমগী
অচুম্বা লৌশিং তান্দ্রিবৈ অরানবা পাম্বৈনা হিংনরুই
নহা ওইরিবৈ মীহৌবগী শুমহৎয়াইদা থুরুবৈ
অহল'তুম ওইশিনথি শেন্দোং অমত্তা ফংহৌদে।

মুপী : রাইথুনা মচা কোক্লগা মশাবু অস্রুম মাংজখিবগুম
উচিখোইনা ফারকপা জীবনা মশাগী শকফম হোংজখিবগুম
মালেমদ পানবগীনা অমা নোংদোল থক্কীনা অমা
অনিসিগী মরিসিবু কদাইদবু শম্নহল্লিবা ?
নহা ওইরিবৈগী শকফম্না অঙাং অমসুং অহলগী
অনি অসিগী লমদাইবুং অমত্তনা লেপ্লম্মী।
চাইথরকপা, মন্থরকপা, কান্নরবা হায়নিংদেদ কান্নরবনি।

অহোং : উচিখোয়মা ফারুরবী লৌশিং লৈবী মুপী
নশাগী করি লৈহৌরি পুক্নিংনা করি থহ্লোরি।

অহল : খুত্তি অমসুং য়ুংবনি পোকপা অমা শিবগী
রাবা অমসুং মুঙাইবগী কপ্পা অমসুং নোকপগী
ভমথৈ অমা তাক্লবা মচু শংলবা উচুকনি।

মুপী : মপাম্হোংগী অপাম্বনা ফাঙমদনা ডাওরবী
মুপী অমগী শকফমনি কত্তবগীসু অফবগীসু
পুম্না য়েংবা য়ারবা শকয়েং মিংশেল ওইরেদো।

অহোং : নঙবু শকয়েং মিংশেলগা অমুক চাংদম্নবা ।

অহল : তুমিন লৈয়ু কাম্নদে ঐখোয় করি লেমহৌরি
লুদগী, তোংদগী, হকচাংদগী, পাঙ্গলদগী, থবাইফাও চৎপ্রি নি ।

অহোং : ঐখোয়নদি থিরুরি অনিসিবু করম্বনো?
অফবা-ফত্তবা, ফজবা-অথিবা, অচুম্বা-অরানবা,
পূম্নমকসি অমত্তনি, মিৎয়েং তোঙানবৈ বাত্তনি ।

অহল : কমদৌনা খোইজুগা নঙগা পল্লান্দবী লৈয়ি থনম্নিবনো ?

মুপী : থরোই অহাম্বা তাহৌরে মতোংদি মানা চুপপ্রবা
মাস্থ লেপকং কংহৌরে অনৌবা উরিমা য়েৎনিংত্রবা
মরালনা মপোৎ ফাবনি হায়, পুন্সি চেংজেল লোম্নবনি হায়
অমা থঙদে অমা থঙদে মহাক তাইবংদগী তামগ্রে ।

অহোং : ওস্তোকপনি নঙগী লাইবক
পোকপদগী মপাল তাংহুনত্ত হিংবা মুপীনা
তাংজফমদি লৈত্রবা কালেন মুংশা লাংলবা ।

মুপী : লাংলে, লাইজ লৈত্রবা পুথ্রীদা পাৎপা থরোনি ।
খোল্লবা অমা লাকনি নোংনম্বনা তম্মমনি ।
তুংদ খোকদবা পুন্সিবু ঐখোয়না থঙবা ঙম্ব্রা ?
হয়েং করি খোকনি থঙবা ঙম্ব্রা মীওইবনা ?

অহোং : পুন্সিদি থঙবা থঙদবা খোয়না থল্লুত্রস্থ য়াই
ঙসিগী য়াইফরবা তানফমসি থক্ নাস্তোকহনবা য়াদেদো ।

অহল : ঙসিনা য়াইফরবা তানফম হয়েংনা অবাবা হাঙ্গা
ঙসি হয়েং কৈগু খেন্নবা অমত্তা লৈতে
ঙসিস্থ হয়েংগুম্না অহুম খোকনি মুমিং তরং তরং
পূক্লিংগী অকিযনা হয়েংগীদমক কপ্লাক মিকই ।

অরোইবা তামকমদা ওসিগীদমক মুণ্ডাইবা পি ।
ওসিস্নু অত্নুম হৌহমখি, হয়েংস্নু, হয়েংস্নু অত্নুম লাক্কনি
অনিসিদা ঐথোয় করিনো ? করিনো ঐথোয়না পাম্নিবা ?

অহোং : সেমকালা অমগী নাকল অনিমক্কী থল মাম্নৈ
ওনবা মত্তমদনা ভৈহাক অমমা মুক লুম, অমমা 'মুক লুম
ভৈহাক হায়রুম্নবা তুংদ থল মাম্ননা থমখিবগুম
মীওইবগী পূক্নিংস্নু অত্নুগুম্না অত্নুম মওম্নৈ মাম্ননা ।
অহৌবগী থল মাম্নহৌবগুম অরোইবদস্নু অত্নুম মাম্নৈ
অনিসিদ খেম্নবা লৈতে চাং মাম্ননা থম্ননি ।

মুপী : অরাবদা অরাবা হাপ্লবস্নু অত্নুম মাম্নৈ অরাবা
মুণ্ডাইবদা মুণ্ডাইবা থম্নবস্নু অত্নুম মাম্নৈ মুণ্ডাইবা ।

অহল : হুজিক মুমিৎ তাশিল্লক্লে থোং অসি লোনশিঞ্জরগে
ঐস্নু নোংমগী হকচাংগী রাবগী থবক লোইজরে
পূক্নি' রাবা কোক্কবা লাইশোল ভৈগ'ক শোঞ্জরুগে ।

মুপী : নত্তনা থোঙ লোনশিল্লবদি কনাগা লৈহৌদৌরিবা ?

অহল : মাগা চৎপ্রে', চৎলো থেংপ্রে, মমপ্রনি, উররোই ।

অহোং : কদাইদা ?

অহল : কনানা থত্তনি, "'সিদি ঐগী থবক শুকমনি
নখোয় ভৈহাক পোত্থারেদনা হুজিক্তি চৎপা য়ারে ।

মুপী : ঐদি পোত্থাগে হায়বা নত্তে, থবক য়াওগে লাকপনি ।

অহোং : কনাগা ?

মুপী : নত্তগবু ওইরবস্নু মাগবু ওইরবস্নু ।

অহল : ঐ'দ থবক শুররোই থোং লোনশিল্লম্নগনি ।

মুপী : পোৎরোমও, নম্বোও-থাবোও লাক্লগা কদাই হন্দৌরিবা ?

অহল : ঐম ভম্নরোই থবক শুবা য়াওবস্নু, য়াওহনবস্নু ।

অহোং : ঐমসু য়ানিংদে নঙগী মীশুংশিগী লাংদ থুহল্লোই
সাধু কারুবা রাত্নাকারনা সাধুই ৱাহংগী পাউথুম
"মীশুংশি অমসুং 'ঐ' তগী" তাইবংদা করিনো ?
পিনবা ময়ুমদা চংলুবদা ফংলকপা লৌশিং অহুনা
সাধগী পাউথুম পিখিবতু নিংশিংবা ঙমজরবরা নখোয় ?

অহল : নখোয় লোইনা চংপিল্লো ঐ খোঙ লোনশিল্লগে ।

তুপী : য়ুম্মুনা মাবু হান্ন' তান্থোকপিখো, ঐ কোন্না চংকে ।

অহোং : মা হান্না তান্থোকউ, ঐ কোন্না চংকে ।

অহল : অহু আদ থঙদে, থেংল্লে ঐদি থুরুমজবনি
মঙাং, লুবাং, থুমনবু, নোংমগী ততনা থুরুমজৈ ।
হাংহোগী রাখল ফিদন্থু ততনা নিংশিংজরিবনি।
লাইনিংবগী মতম ওইরক্লে থোং থিংজিনজরগে ।

তুপী : মা হান্না তান্থোকখো ।

অহোং : মা হান্না তান্থোকখো ।

অহল : [শাওনিংনা] অহু আদ থঙদে নখোয় লৈহৌরো
ঐ চংলে থোং থিংজিল্লি শো পাইহুনা চংখি ।

অহোং + তুপী : থোং হাংদোকখোও থোং হাংদোকখোও । [লাওহৌই]

অহল : নখোয় অনি তাইবং শেমহৌখো
ঐদি চংলে লাইশোনবগী মতম ওইরক্লে । [চংখি]

লোইরবা

## অইবগী কোংথুবা থবক—

- শৈরেং—

    থম্মোই-ভেংবা

    কেতুকী

    বাংমদা

    খুত্তেকপদুগী শৈরেং

    ১৯৮০ কুম্বাবা

- ড্রামা—

    চিত্রকার

    সুরন্থ

    শ্রীমু

    কৌওইবী

    লংমাই পীতঙা

    ভোট থোম্বা

    কৈদৌটৈ

    হিংচাবী চাকথা

    সরগম চানত্রবা শুর

- উপন্যাস—

    কনামা হায়বিগনি

    কনাদনো হুকদবা